## থালোয়-নোংখায়লোন



পুথোকচবা

যুম্নামচা বুদ্ধিচন্দ্র

অফোংবা :—ঈনাং কনবা অমস্থং সেমগং সাগংপা লূপ
নম্বুল মপাল, হুইদ্রোম লৈকাই

১৩৭।
২০৪৬ ; ২

অহানবা খুংনম—সচিফোয় নোংমা পানবা
ইং কুমজা ১৯৮৬ এপ্রিল ১০

কোপী লিসিং অনি
মমল লুপা ৬.০০




নমফম :—

গীতা প্রীন্টার্স
কাঙাবম লৈকাই, ইম্ফাল মণিপুর

লাইরিকসিগী হক পুম্নমক পুথোকপগীনি।

# মায়ৱোক ৱা

লাইরিক অসি মৈতৈ চে অরিবা লাতনদা মৈতৈ ময়েক্না ইবা পুয়াদগী লৌথোকচবনি। লাইরিক অসি তীলনা মচুৎ মচুৎ চাথোক-থিবনা সিন্দোকপদা ; ময়েক চাওথোক্রবা মিংশেল ফাওবা শীজিন্নহনা মতম য়াম্না চঙনা হোংনখি। অরোইবদা পুয়া অসিগী মপু মশক তাকুনা ইরমই। মাহুদি ঃ—

ইয়ু খোইয়ুম লাইরমপু অশৈ পনমাবা, চীংউ
শাগোম্নবা ; থোঙডাক কুরুম্বগী লাইরিক্নে।
নাওরা পুকথোংবা, পায়মা শিলহৈলোম্বা ;
অমাকচাম্বা জুগিন্দ্র ঐনা ফংজবদগী। লাইরেল
মৈদিংগু পোইরৈ লৈপাক পুঙমাবা ; গমভীর-
সি হগী মহাকথক্না অনৌবা অমরক ইথোকচবনে।

অমুম্না মপু মশক তাকুনা ইরম্বা পুয়া অসি ; পুথোকচরিবা ঐনা ফংজরুবনা ; মৈতৈ পুয়াগী ৱারী লীবীরম্বা; নোংগাপ্রবা ওক্রম নিত্যাই ওঝাদগী ফংজবনি।

ওঝা নিত্যাইনা কোয়না ৱারী লীবা চৎপদা খোমজিন্নকপা লাইরিকসিং অহু ; ওঝা মতোম্মতনা পাবা অমমুং সিন্দোকপা ওমদবনা, মতম চঙগদবা লাইরিক অয়াম্বা ঐঙোন্দা পীবীরকই। লাইরিক মশা অহুমক লৌবা য়াবমখৈনা লৌহৌই। লৌবা য়াদব-মখৈনা সিন্দোক্লগা, অরিবা লাইরিকশিং অহু মপুদা হনখি অমুম্না "থালোম্ন-নোংখায়লোন" হায়বা পুয়া অসি অরিবা লাইরিক্কী সিন্দোকচহৌবনি।

অরিবা লাইরিক অহুদদি খোনথোক অকনবা ময়েকঙাক্তা ইরমই। গ, জ, দ, ব নচিংবা অমেঙবা খোনথোক্কী ময়েকশিং অসি শীজিন্নরমদে। মীয়াম্না পাবদা খূৎলোযনবগীদমক ; অমেঙবা খোনথোক্কী ময়েক শীজিন্নজরে। মাশিনা রাহৈ হোংদোকপদি নংতে। খুদম—"হায়পকী" হায়বশিদা "হায়বগী" হায়না অমেঙবা ময়েক্কা হোংদোকপনি। নাং পু তাবা থরদং সেম্নদোকচরে! হান্নগী মওংদি—সাংগ্রবা তাংকক অমা ; লামায় অমা অনি ফাওবা, কোমা, চৈথৈ পীফম লৈতনা পাক্তক্লনা ইরম্বা য়াওই। হান্নগী কায়দনা পুথোক্লবদি লোঙগী অক্রবনে, রাহৈ পরেংগী অশাংবনে ; মীয়াম্না পাবদা, লাইরিক অসিগী ঈচেল লৌশিনবদা খূৎলোয়বা রাংলগত্রা থনজতুনা ; পীফম থোক্তবা মফম কয়াদ কোমা, চৈথৈ পীশিন্দুনা, তাংকক মচা মচা থায়দোকচরে। থর অসি নংতনা অতৈ পুন্নমক্তি হান্নগী শক্তম কায়হন্দনা পুথোকচরি।

অরিব রাহৈ পরেংশিংনা মথক্তা থম্নগা ; হৌজিক্কী অনৌবা লোলনা ; মথাদা রাহৈ পরেং পরেংগী ওইনা ; মপুঙ ফাবা রাহনথোক পীরবদি, পারিবশিংনা ঈচেল লৌশিনবদা হেন্না খূৎলোয়গনি। তৌইগুম্বসুং পুথোকচরিবনা থনৈজে অনানবা অমসুং মুংঙাইবা লম্বীদা চংনিঙবা হায়বসি, মীওইবা ঐথোয়গী হৌনসা ওইবনা ; পাবদা খূৎলোয়রবা রাহনথোক্তমক য়েংবীরগা ; "থায়নগী ঈপা ঈপুগী শক্তন কমদোরিবগে হায়বদু হন্না য়েংবীরম্নরোইদ্রা" হায়না থনজবদগী ; অনৌবা লোলদা মপুঙ ফাবা রাহনথোক পুথোকচদ্রে।

থায়নগী ঈপা ঈপুসিং, মৈতৈগী লাইরিক লাইশুগী (সাহিত্যগী) শক্লোন অমসুং লীচৎ শাজৎসিং অসি ; মীয়াম পুন্না খঙমিন্নহন্না নৈনফম থোকই থনজহন্না, মথক্কী ফিরেপ অসি লৌজবনি। অহুম ওইনমক লৌশিনবদা মুংঙাইরোইদবা রাহৈ খরগীদি, রাহনথোক হাপচরি।

লাইরিক্কী ঈচেল –

"থালোয়-নোংথায়লোন" তেনগ্রবা "মিং" রাহৈ অসিমক্তনা পুম্না অসিগী মপুঙ ফারবা ঈচেল অদু শুপচিন্না খঙহল্লি। মাহুদি— "থালোয়"=থা থাগী ওইনা লোয়নরিবা মঙং মতৌ ; চহী খুদিংগী কায়দনা পাঙথোক্লিবা থৌরম থৌদোসিংবু ; থাগী লোয়নবা "থালোয়" হায়বনি। "নোংথায়লোন" — থাগী মতম অচীক অসা অমসুং পুনসিরোনবু মচা থায়না নোংদম নোংথায়ববু "নোং-থায়লোন" হায়রবনি।

পুম্না অসিগী মমুংদা য়াওরিবা মচাকশিংদি, মুমিং থাগী সাংগ্রবা খোঙচৎকী মতমবু তাংকক থায়দোকুনা, মতমগী তাংকক লেপ্লবগী পাদম ওইরিবা ; থা তরানিথোয় অসিবু মৈতৈশিংনা মমিং থোল্লকপা অমসুং পোক্লক শাংলকপগী লীখুল মপুঙ ফানা য়াওরি। থা থাগী ওইবা নোংজু নোংসা, অঙৈং অসা, উপাল য়াপাল, হৈপাল লৈপাল, নাপী শীংবী, শা উচেক, তাল-কাঙ-নচিংবগী মঙং মতৌ লোনচৎ শাজৎ নীংথিনা তাক্লি। শম্না হায়-রবদা মতমগা "পানথা" (ঋতু) মশক তাক্লি।

চহী খুদিংগী শোয়বা নাইদনা খা থাগী ওইবা, মৈতৈশিংনা পাওথোক্লিবা ; ঈরাৎ, থৌনি, কুমহৈ হরাও ; থবক শু-নোম্বা; মহৈ মরোং থাবা লোকপা, লল তানবগী মওং তাক্লি। খুৎশু-খুৎলাই ফিশেৎ লৈতেং, চাকচা য়ুথক, ঈশৈ নোংমাই ; অকন অথৌ, লৈপাক নিংথৌ, খুল-নাই অসিগী লোয়নরিবা ; থকসী খাসী চৎনরোন মপুঙ ফানা উৎলি।

মরু ওইরিবদি—চহী মশীং লাকওমদ্রবা মতমদগী, খুল-নাই অমা লিংহনা পাল্লক্লবা মৈতৈসিংনা ; "হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা ওইরম্বা শক্তম" অহু ফজনা তাক্লি। মৈতৈসিংনা পোক-পদগী সিবা ফাওবদা প্পাঙথোক্নরম্বা ; মৈতৈ ঈনাৎকী ওইবা থৌরমসিং অহু, কাংলোন কয়াগা লোয়ননা তাক্লি। শম্না হায়রবদা ওল্লিঙৈগী মতম মৈতৈসিংনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা লৈরম্বা শক্তম অহু, খুৎহৈবনা ফজনা সেম-সারবা মপুঙ ফানা ফজরবা মিতম (মুক্তি) অমগুম ; পুয়া অসিনা থায়নগী মৈতৈগী শক্তম অহু, মপুঙ ফানা ময়েক সেংনা উহল্লি।

হৌজিক্কী মতম অসিগী চৎনরিবদি— লাইরিক ফোঙবদা ; অচৌ-অসাং অথঙ অহৈ কয়াগী অয়াবা লৌতুনা ; মাঙজীন থানা মকোক্কা হাপ্লগা ফোঙদোক্লৈ। রাফম অসিদা লাইরিক পুথোক-চরিবনা থনজৈ। লাইরিক ফোঙজ্রিঙৈদা হায়না অয়াবা লৌবা হায়রবসি, রাচৎ রানোম করপসন) মখল অমনি হায়না লৌজৈ। রাখল অসি লৈবদগী অমসু রাচং রানোম পামজদবদগী ; লাইরিক অসি ফোঙদোকপদা, কনাদগীসু অয়াবা লৌজদ্রে।

লাইরিক পুথোকচরিবনা পামজবদি—লাইরিক অসি পাবী-তুনা নৈনবীরগা ; চৈবীনীংবনা চৈবীরকউ। থাগৎপীনীংবনা থাগৎপীরকউ। পুথোকচরিবগী পীরুবা কোক অসিনা য়ৌবা ওমদ-তুনা অরাংপা অমসুং মপুঙ ফাদবা কয়াবু ; মপুঙ ফাহনবীনীংবা লৈরবসু, অথঙ অহৈশিংনা তাকপীরকউ। নৈনবগী রাফম পুন্নমক মথংগী থুংনমদা হাপচগনি।

পুন্না অসি লৈপাক্কী মরল ওইবনা, লৈপাক হুপ্পা নৈনবীনবগী-দমক পুথোকচবনি। লাইরিক অসিনা লৈপাক মীয়ামদা কান্নবা খরদং ফংহনবা ওয়বদি ; মাতুগী মহৈ অদু, লাইরিক পুথোকচরিবা ঐনা ফংগদবা নংতে ; হৌখ্রবা ঈপা ঈপুসিংগীনি।

অরোইবদা হায়জনীংবদি—লাইরিক অসি ফোঙদোক্রবা হোৎনবদা থৌদাং লৌবিখিবা, গীতা প্রীন্টরস অমসুং প্রেস অসিদা থবক নোম্বীরিবসিংবু, ঈকাই খুম্নবগা লোয়ননা তৌবীমন খঙবা উৎচরি।

লাইরিক অসি ফোঙদোক্রবা হোৎনবদা শেলগী অমসুং অতৈ মথল কয়াগী তেংবাং পীবীরকপসিং ; মরু ওইনা শেল-থুম অমসুং হীরম থুদিংগী পোৎলুম পুবীতুনা ; লাইরিক অসিবু ফোঙদোক্তুনা, মীয়ামগী থুংতা লানথোকপীরিবা ; ঈনাৎ কনবা অমসুং সেমগৎ সাগৎপা লুপ্প ; ঈকাই খুম্নবগা লোয়ননা তৌবীমল খঙবা উৎচরি। সিংবা ওল্লরোইদবা লমল তোল্লে হায়না লৌজরি।

পুথোকচবা

লাইরিক্কী হক পুথোকপগীনি।

য়ুম্নাম-চা বুদ্ধিচন্দ্র
পিশুম নিংঙোম্বম লৈকাই ইম্ফাল।

# অক্ষোঙবগী মায়কৈদগী

মলেম লৈমায়থক্তা লৈরিবা মীওই কাংলূপ খুদিংমক্তা, মাগী মাগী কাংলূপকী হৌরকফম, পোক্লক শাংলকপগী ৱারী ৱাখোঙ, ওল্লিঙৈগী পুনসিদা কাংলূপ অহুনা করম্না পুনসি লেল্লকুনা; হৌজিকী মাগী মাগী কাংলূপকী শক্তম অসি ওইরক্লিবনো হায়বগী ৱারী ৱাখোঙ অহু; মীওই খুদিংমক্তা খঙনীংই অমস্তুং খঙননবা হোংনৈ। খঙনরিবা ৱারী ৱাখোঙসিং অহু, চায়োন শুরোন মথং মথং সিংহুনা খঙনরকপনা; অয়াম্বনা হৌজিকফাওবা খঙনরি।

লৈপাক অসিদা লৈরিবা মৈতৈ অমস্তুং চীং-তমগী অপুনবা মীওই কাংলূপ অসিগী হৌরকফমগী ৱারী ৱাখোঙ, ওল্লিঙৈ মতমগী খুল-নাই অসিগী শক্তম অহু; মরী মখোঙ সমজিন্নবা য়াদবা, মৃৎসি মৃৎসিবা মওংদা লাক্লি। ওইরিবা মওং অসিদা অচুম্বা খঙনীংবনা কঙাওনরবা মীওই খবা পুনসিনজহুনা "ঈনাৎ কনবা অমস্তুং সেমগৎ সাগৎপা লূপ" কৌবা লূপ অমা সেমহুনা থিবা হুম্বগী থবক চৎথজরকই। অরিবা থিজিনবা অমস্তুং নৈরিবা য়ুম্নাম-চা বুদ্ধিচন্দ্র ওঝানা "থালোয়-নোংখায়লোন" কৌবা পুয়া অসি পুথোকপীরকই।

''থালোয়-নোংখায়লোন'' হায়বা পুয়া অসিদা; ওল্লিঙৈ, মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্মা লৌখ্রিঙৈগী শক্তম অহু ময়েক লানা উহল্লি। মাসি উবদগী, অরিবা ৱারী ৱাখোঙ অমস্তুং ঈপানাৎ ইপুনাৎতি; মচা মশু ঐথোয়না ওাক শেনফম থোকই অমস্তুং সেমগৎ সাগৎফম থোকই হায়বা ফিরেপ অসি লৌজে। ঐথোয়গুম্না খঙনীংবনা

লাঙতক্নবা. খঙনীংবগী ঈখৌ লাংলবা মীওই কয়া লৈরম্মখিগনি; মীয়াম পূম্না খঙমিন্নবা চুমই খনজহুনা, ফোঙদোক্নবগী থৌদাং লূপ্না লৌজরগা; খ্বাই তরাগী থূংতা লানথোকচরি। ঈপানাং ঈপুনাংকী রারী রাথোঙনি খনবীহুনা; খ্বায় তরানা লংনবা ভোদনা লৌবীগনি অমস্থুং নৈনবীগনি হায়না থাজবা থমজরি।

ফোংদোকচবা

ঈনাং কনবা অমস্থুং সেমগৎ সাগৎপা লূপ
নম্বুল মপান ছইজ্রোম লৈকাই ইম্ফাল।

# ফমফম তাকপা

হিরম লামায়

| হিরম | লামায় |
| --- | --- |

# থালোয়-নোংখায়লোন

হয়াহে খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংউ কোরৌ নোংশেম্বা, মালেম তমপাক লৈশেম্বা! নুমিৎ থা মৈ ঈশিং নোংশিৎ, শজীক থাবা থৌরায়নাচাক খোমচোল্লুবী ; অনম অঙাংনবনু নোংদম নোংখায়বীবা। থৌরায় নিংসা পাল্লিবা অচং চংঙা পুম্নমাক্নু নোংদম নোংখায়বীবা। শা ঙা তৌন কাউ লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমাক্নু শাসেম্বীবা খোইয়ুন লাইয়িংথোও! নদাইরেম (১) ঈরাকমনা : তাওজ নুদা থোংনা পুক্নমজরক্কে তাথৌবীগনো। (২) যোইবু খোইমোম লাইরেম্বা মালেম কাপতু হুইরেল য়াই মরু ; চাংউ য়াইবা (৩) য়েকহোগী, খোইরা লেললু মশানগী ; হুইরেল লেললু পাকস য়াইনরুবু ; য়াইবা (৪) লাহোনরকপা। লোইদাম কুম্বা রাকাওদা থাজ (৫) হালেং য়ানিলদা ; মালেম মপুও লাক্নরকপা! য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বা নহাকপু ; থুংফাং চাংজো (৬) হেমক্লা চেপ্পা লোন্না, মালেম থৌরে লৈকা পায়না ; খিজিক্তা তেংথাজরক্কে। চাংউ অরুবা লাইজ ঈরেল পুওগুম্বু নতীক হায়গুমোইয়ে।

তৌইগুম খোইয়ুম নওনা, লোইদাম (৭) মহুং ওই, থাজ ময়াই কাবক্লবু ; নোংখায়রিবা লাইয়িংথোও! য়োইবু খোইমোম লাইরেম্বা, মালেম তম্পাক লৈরেলহনবী ; তাইবও নোংসাপান পুম্নমাক্নী তাওজিও হৈরম থারিবী। শীংলেল লৈরাং লৈচল্লিবী, সংলো য়েনলম পুম্নমা মালেম লৈতারবগী মালেম লৈপাক মনন নীনা থাবীরে। অহু নোংগীবু (৮) থাবী-ও তৌনা কৌয়ে।

---

(১) ঈরাকমানা = অপওবন। (২) য়োইবু = থোজাল হৈবী (৩) য়েকহোগী = হোয়কক্ষমগী (৪) লাহোনরকপী = লোয়নরকপী (৫) হালেং = মনিল নাইদা (৬) হেমক্লা = পুনসিন্না (৭) মহুং = মতম (৮) থাবী-ও = নুমিৎ-ও

লোইদাম থাজ তরানিথোইমাগী কোল্লোয় মমিংথোং অরুবা; থাজ কোরৌ মবুক্রুংদা লোয়নরিবা থৌরম্ বু খিজিক্তা তেংথাজরক্লে। লোইদাম থাজ পাথওবগুম মমায় লুবা; অতিংডা (৯) মুংনাং য়াইবীরেল সিদবা, য়াৱা থানিংথৌ মঙান নীক্লা উনওইবা ঈনা। চুইক্রু মপোপ-চাও তিংগোই মনা লেক্লা য়াইথারায়। থৌৱায় নিংসা পানবা অচং চংতা পুন্নমাগী, পানগল তেংবাং য়াইমরু। থাজ কোল্লোয় মমিংথোং তরানিথোইমাদা; নমুপোং ওইবা পুন্নমগী হৌননাৱমচং থৌৱায় (১০) য়োইয়োকথৌ, ঈৱাং থৌনিগা, থৌনি থাচং পুন্নমাবু; কুম্বী ৱাকাওদ থাজ ৱানিলদনা। (১১) অশৈ ফয়েলগা, (১২) তাওরোয় পুঙলেলৱাক্লা, অমাই শুমতোংলাংগা; থাবা য়োইরেলথৈ য়োইরেল শালাই মাপনমাগা (১৩) হেপুঙথৌ মীয়োকয়াই, (১৪) হে পেম্মা মসান কল্লা য়াইথাবা; মুংনাং য়াইবীরেল সিদবা নওবু পুরুমজরক্লে।

---

(৯) মুংনাং= লাইশী তুঙনকম (১০) য়োইয়োকথৌ = মুংঙাইয়াকথৌ (১১) অশৈ ফয়েলগা=ঈশৈ শকপাশিংগা (১২) তাওরোয় =পুঙয়েবা . (১৩) হেপুঙথৌ=নুপাশিংবু (১৪) হেপেম্মা=নুপীশিংবু।

# লমতা-থা

লোইদাম থাবী লমতা-থা, থাজ তানমথায়-ও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো? তাইবঙ নোংশাপান পুম্নমাগী তাওজিঙ হৈরম থারিবা, শীংলেল লৈরাং লৈচল্লিবা, সংলৌ য়েনলম চম্নম্বিবা মরম পুন্নমনা; মরা মালেম লৈতারবগী। মালেম লৈপাক মনম শীনা থাবীরে, "থাবী-ও কৌয়ে।" মরম শীংথাল্লিবা পুন্নমানা, মরা মালেম লৈদা চংনা, মপান উনাইগে হায়বগী; মালেম লৈমি (১) "তানমথায়না" হৈরাঙ ময়োন চোংলে। তানমথায়-ও কৌয়ে। সংলৌ মত্তা লায়্রে, য়েনলম মনাও তারে; লমতা-ও কৌয়ে। অঙ্গনোংগীবু লোইদাম থাবী লমতা-থা, থাজ তানমথায়-ও তৌনা কৌয়ে।

লোইদাম থাবী লমতা-থা নমথায় কুম্বী চৈহৌ-থা; লোইদাম কুম্নে অঙনবনা শীংলেল লৈশাং হোবা। নমু পোংওইবা পুম্নমানা চরৈ মকা-ফোং, (২) মালহৌ মীমাঙ তাক্লা কোরৌ লমথৈবা শাবন লমতা কপা; য়ারী শীংবুন থোক্লা থুংবাক তাবুল ফু, জগোয় লেপলোশা, থোইমোম লাইমিং শক, ঔগ্রি মালেম লৈরোয়-শৈ চৌংথোঙ মনিয়োক, চাকমোম থাম্বী মৈরা থানগুম্ববু কুমহৈ লৈজেং হৌন-থানে। লৈপাক খুলগং কুপ্পা, পোইরৈম্নবী মথৈনা; হৈরাঙ মচন থন, য়েল্লাও মচন-স্থু, লোকমায় লুপাথোং; শমু কোকশেং পাক্লোয়-স্নেং, থ্বাঙশেং মচিনাই; য়াংকোক থপচোইননা; শারোয় লাইরোয় থাঙ, তৌলমু লাইমু তায়-থানে।

---

(১) তানমথায়না = খিনথায়হনা (২) মালহৌ = নোহৌনা

মালং মরাঙ হৌ, কুম্বী ময়াই কারক্লবশী। খোইয়ুম নোংদস্লিবা চীংউ তোংয়াং সনা হুম, সন্না হকচীক-লাং (৩) পুন্নুং লাইজ ঈখৌ-কা, পাখঙ হেকমায় মন্নাচা, মোম্মু শঙ্তিং (৪) মশান কনবীশিংনা ; শম্বুল মানতেং-চাও শন্নাং মোইকা হেন্না ; (৫) হেপ্পীং লমসন তোংনীং থা। পাখঙ মানপা শমজিন থোং মাকপাং লৈউন শন্নাং চাওকোয় (৬) লুকোয় শালাই য়েং। চীংয়া কুমদয়ে লোইদাম কুমজীন অকোনবা লৈনা; কোক্লেল লুকম হেন্না পানম চংথোকপা থানে।

নোংলেল চাইজী ঈহৌ-থা, শজীক য়েস্নৌ-কা তিংগোই পুমথাঙ-লোন, য়েন্নীং শৌচীন-লোন, য়েল্লাঙ খুবোম-সা ; চেক্লা তোনতৌ য়ুমোইবনা লৈরাং শেংনদনা পামেল উইহ চানা ভাংনৈ-থা। হাকুম শীংজা অকংবনা ভল্লা য়েন্নীং-শৌ। হৈরাঙ তাই-পোম্বনা পামেল উমিং-লোন, তাংজীং লোনচুম য়ান্না, লোইদাম মন্নুংওই মালেম থিনগাই তৌ, চীংথোঙ লাক্লেল কিসি তাইন থানে। মৈদিংঙু য়োইমোংযানা অয়াং লাংথাবান য়ারৌ শাঙাইলান, মোংবা শাথুল-পুং, ময়াং নাহা শারৈ থেম্বা য়ারৌ শামি কোবা মকুমসাবু ; মৈনা য়ায়না তাংনা সন্না হাওকৈ শাখোম্বা, মানথা লস্নোকপনা চীংপা কোকচাই শাকুবা মানথা-শা। শারেল য়াং-গোই-শা য়ারৌ তৈতু-শা, লোইজীং লোয়য়া-শা, থাবী নখোল-শা, শারেল শরীক গুনা হাওথৈ শাখোম থানে হায়দবন্না।

(৩) পুন্নুং=মঙং মহৌশা ওইবা (৪) মসানকনবীসিংনা = নোন্ননা চাওনা (৫) হেপ্পীং লমসম তোংনীং-থা = তুংয়ান মপুঙ ফানা (৬) লূকোয়= কোকয়েং।

লোইদাম কুম্বী য়াকাওদা, থাজ য়ানিলদনা হরাও তোয়ত্তাওনবা থানে। লোইদাম থাবী লমতা-থা, নমথায় কুম্বী চৈহৌ-থা। থাজ কোল্লোয় মমিং থোং অসিস্মুং মাদোমদে।

## থৌরম মচং

লমতা থাদা লৈপাক নিংথৌ হুপ্পা, ঔগ্রি লীরোন শক্লা হায়াও তয়াম তৌয়ে। উমং কোয়না শা তান্দুনা শা কায়য়ে। মোইরাং শালাইগী অপোকপা খুরুমএ। নোংপোক নিংথৌ পানথোইবীবু ঈরাং থৌনিয়ে। লমতা থাগী থাওজ অহানবদা শরোয় থাওহুনা তিলমু লাইমু তাইয়ে।

---

# শচীফোয়-থা

লোইদাম চীনবী শচীফোয় থা-ও কৌবদি কৈদৌ নোংগীনো? চীংউ মপুরেল খোইয়ুম অসীবা; লাই মরু সিদবা মালেম লৈওই-বনা, য়াওবী সিদবগী চীরেল লাওয়েন মাপনমাগী অচিনবদগী; মচী ময়া মতু মমান ফোয়দোক্লে হায়বগীবু লোইদাম চীনবী শচীফোয় থা-ও তৌনা কৌয়ে।

লোইদাম চীনবী শচীফোয়-থা; য়ারৌ শাচী শায়া কেল্লববু, মতু মমান কোক্লববু; চীরেল অমরক হুনবা-থা, মতু অমরক হৌবা থানে। কোংবা লৈথোও-ফাং শাচীফোয় লৈখুন ফুল, মানতা শারীক থীং। হেপু খুমনপা লৈমাবা, অতোং অরেংবা,

ঙানতু কূপথন-থন। মৈদিংঙ্ য়োইমোংবা মোংবা য়ুম্লাং কৈজাংগা তমহৈবা। লুরাং লাংহৈথেলদা য়োইচানবা; খোইয়ুম তাজোয় মরুপ্পী (১) হাওনুখু (২) হাওনুহনবী, লমতং নিংথৌ চম্ভু তাজোয় ভরামঙামাবু (৩) লুম্নবী। খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চাখাবা লাংমৈরেম্বা মরুপ্পী খোইমোম লাইরেম্মা, লাইতোন লৈমা সেরেম্বী; খুমন (৪) খাথা লৈথারোয় (৫) লীকসঙ লীক্লাংলোয়, (৬) ফিবোঙ চামিরোয়বু লোয়য়াবা লাইয়িংথৌ। ঙাহৈবী য়াইকা লৈমা কাইরংবম্ভু। (৭) হুইয়াই খুলবী লৈচোল হাও, তম্বা চারেম য়ুরেম্বা পূংক্রাই মেনতং লাকপনা পোকপী। মপাম লাংস্থু অহনবদা খোইয়ুন লাইওই ফবী। খোইয়ুম লাইয়িংথৌ থাওয়ায় মার-নিংথৌ চীংউ উংচা চীংমাবা; (৮) য়ারোক্লেননা য়াকানবা, লাইরেলনা (৯) পোংফৈনবা। চীংখোঙ পোইরৈতোম্না য়ায়েল থৌদা তমদবিষ্ণুদা, মানা হান্না থৌতম্বা। লাংগোই শগোল অপাইববু, পাইখিগনি হায়না; য়ারক (১০) থৌপাও তম্বীবা লাইয়িংথৌ। মরুপ্পী খোইমোম লাইরেম্মা চীংলোয় তম্নোয়বী লাইরক কাচাওবীবু লুম্নবা লাইয়িংথৌগা। লোইবী লোইজীং কাকয়েল শীঙম্ববু (১১) কায়নহুনবা। মোংবা য়ুম্লাইসাগা তমহৈবা।

---

(১) হাওনুখু=অতোনবী (২) হাওনুহনবী=অহনবী (৩) লুম্নবী=তাজোয় (৪) খাথা লৈথারোয়=লৈ থিবী (৫) লীকসং লীক্লাংলোয়=লীক কোল সেম্বী (৬) ফিবোঙ চামিরোয়বু=ফিশেং লৈতেং সেম্বীবু (৭) হুইয়াই=হুমাং ঈরীককাবা (৮) য়ারোক্লেনা=উচেক য়ায়া শা-ভানা (৯) পোংফৈনবা=কৈনা থিংবা (১০) থৌপাও তম্বীবা=পাওতাক পীবা (১১) কায়নাহুনবা=ভানখায়বা/খায়থীবা পীবা।

খোইমোম লাইরেম্মা হাওমুখ্ হাওমুহন, লৈতোংখ্ লৈতোংহনবু লুম্নবা লাইয়িংথোগা। খোইয়ুম অহনবা সনা হিহোনবা (১২) খুমু নোঙদা, তোরাং তেকসোন্দা, য়েনপোং (১৩) লীখাও সাদবা, লিলহা হাইচেন নাইদবা। কম্বোং খারম পাংতা য়াহনবা, থাঙজা লাইরম পাংতা য়াতেম্বা। লোকয়াই তম্বা তোংকুম্বী (১৪) পোনথ্রা অরনবদা লাইজ ঈশোকপবু ঈয়ীংতবীবু লুম্নবা লাইয়িংথৌ। খোইয়ুম লাইয়িংথৌ থম্মাংবা য়াংলৌ থনবা; মরুম্বী সনখোঙ হুইমুলেম্মা মঙাঙ নিংথৌ চমু; লীকোল চাওরোয় পোংতম্লোয়, পশোং থৌয়াক্লোয়বু লোইচনবা চমুবু লুম্নবা লাইয়িংথৌ। ঈপু হোউনেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সীবা নোংবান শাকংচীংদা য়াওনবা। কৌবরেল অহনবা তুরেল লুথায়বা, লাইজ ঈথাবা ঈমু খল-ওনবা, ঈঙৌ (১৫) চাওচা চিংবা। খোইমোম লাইরেম্মা থৌহু মুঙনাং লৈমা, থীক্লেল থাবী য়ামচেং মায়রৈদবীবু লুম্নবা লাইয়িংথোগা। লিলপান য়োইনাওহন নাওহন অহনবা; হৈরী লীরীক্লেলবা খোইচীং চাইচীং চাইবা, থামুং চেকয়াম্বা হৈরী চাকৌবা খোইচীং লূকপাংববু কায়নহনবা। ঙানথা খোংথিনচাই অতোন য়ায়বা মুংখু অতেংবা খুলবী কাপথা ফাইচাবু (১৬) শোঙকিবগী; কাওরেল সনয়াঙথক্তা হেনমোইববু কায়নহনবা। মরুম্বী খুনতোং নাওশং চমুবু (১৭) লুম্নবা। মপারি আথিং কাইয়োবী কাইয়োবা মুমত্রে

(১২) খুমু=হি হোম্নবা চৈ (১৩) লীখাও=খুমোক/খ.ও (১৪) পোনথ্রা =য়েন্দাই পোল্লাং (১৫) চাওচা চিংবা=চুমথোকপা (১৬) শোঙকিবগী= কিবগী (১৭) লুমুব=লোয়নবী ওইবা।

কাংত্রৈ চৈথা তেনথাগা নাছই নারেংগা মিংলং মায়রংগা তমহানবীবু পারিনবা। নাওহন অহনবা থাবা লাংথংচা, কবো পারৌরেম্বা উরুপ লম্মাহন লম্লেল পোংহৈতা ঙানবা চাচনয়ায় খাঙলা য়াওরুম মেন ফুনান তেনহৈবা মচীংসাংবু (১৮) চীংকোইববু থোংলেল রাংখৈলাকপা মফৌশা য়াইচেনবা য়ারৌ শাকারম। রাংখৈ লৌথুনপুঙবু ফৈনা লাল্লা রাঙেম্বা। মৈদিংঙু শেলবী খাগেম্বা ছয়েল লাল্লোয়নবা। কবো মুংখোং ঙম্বা থামুং (১৯ মিংনাইবা ফাবা লাইম্বিংথোগা। খোইয়ুম থাঙঙা উমংলাই মাপনমাবু কাওরেল য়াংতকপা মানবী য়াংলীরোকপা; ভইত্রৈ থাঙগা-সম, য়েংত্রৈ থাঙগা-লাই; থিনবী খুল্লোঙ চন থাঙঙা উমংলাই মাপনমাবু; হৈশোয় য়্পান হোনা কোরৌ লেনসা-থা, রাংবন পাঙফা থানে হায়দবরা।

খোইমোম লাইত্তোন লোমত্রিবা মখৈবু। থাবা লাংথংচা তাওরোই পুঙলেলরাক্লা; (২০) রাংলেল নাক্তা-যেপ, পুঙচৈ ফৈনা হাই, ফৌথা ফৌম্ব মৈশোন য়ুরেপ নিনিমাবু মমিয়োক্লা মু'না শুমিৎ শীংবুম অমবু রাকাওদনা পাওতাকএ। লাইরেল মৈদিংঙুদি, তুরী (২০) ফম্বিৎ ফম, লাইরেল ফয়াং মৈদা তোংনা কংলা ফমতোং-নরবগা। মদাইরেম (২১) অশৈ পনমাবনা, তুবী মঙীক-শক লাইরেল মঙন থানা রাহৈ থোথানয়ে। লোইদাম (২২) মমুং ওইরক্লবদা। হোইরৌ হায়া লাওনা থাল্লে লোতা থানে

(১৮) চীংকোইববু=চীংবু ঙাক সেনবা (১৯) মিংনাইবা=মিচংপা ফম্বিৎ=কংলা মেনফম (২১) অশৈ পনমাবনা=ঈশৈ শকপনা (২২) মমুং =মতম

পোইরৈ মসন লৌকুমদা মনাই লৌতাদরিবৈ ; লম্লেল চেংলৈ পামুংখোং. চীংউ লৈতাওলৌ, কাইবী মুংশোন লৌদা। ভুবু লৌকুম্বীগা লম্ব লৌত্তাবগা ; খোইমুম লাইপাখঙ তরেংমাপা, লাই মুরা তরেংমাগা। খুংলঙ মাইফং হৌনা ; থাল্লে থাংবা লৌতম্বী তরা চাংশীপুঙদা ; হোইরৌ হায়ালাওনা থাল্লৈ লৌতা থানে।

পোইরৈ মৈনা রায়না তাংনশম্না. তয়ুম (২৩) লৌরম-চা লৌমিং য়াংতৌ শীংপুরোয়না। লাংগোন খুংশু পায়, চৈবুন লেংদা খোংনা, লৌকু নারিন-শোন (২৪) সানম (২৫) তাইথিংয়াংনা থাল্লে লৌতা থা। তয়ুম লৌরম চম্ব অমুবী ; নোংচুরে শাই-চোংতবী, নোংশা শারে শাইকংদবীশিংনা। মুরা খুংলঙ মায়ফং লেংমান্নমা। অয়াং তোনবা চম্ব খোয়নৌ লৌরি কোবীনা। লাংলেল কোংয়াঙ রারুকোক শাফব লোক্লৌ লেংখানববু ; কোংয়াঙ খাংতপ পাম্বমা। রোংলে নীংতুম্বা (২৬) তেংনৌ য়াপাকপনা মাজেম লৈশা-ওন, হারু লোংন-ফৌ, রাহী (২৭) খাঙরায় তুপ ; য়ুপু খুমন-হন, য়াংতৌ মমৈশম, হোইরৌ হায়া লাওনা থাল্লে লৌতা থানে। য়ারৌ মচী ময়া কোক্লুববু, মতু মমান কেল্লুববু ; চীরেল অমরক তনবা-থা, মতু অমরক হৌবা-থা থাজ কোল্লোয় মমিংথোন, লোইদাম চীনবী শাচীফোয় থানে হায়দবরা। থাজ কোল্লোয় মমিংথোং অসিম্বুং (২৮) মাদোমদে।

---

(২৩) লৌরমচা=লৌমী (২৪) সানম = সোমতানবা/খুংনা খোইবা (২৫) তাইথিং=কারন (২৬) তেংনৌ=রোং (২৭) খাঙরায়=মখাঙদা (২৮) মাদোমদে=মাসিনা লোইদে।

## থৌরম মচং

শাচীফোয় থাদা কোংবা লৈথোঙ ফাংলে, শচীফোয় লৈখুল ফুল্লে। কুমগী লাকয়েল তাইয়ে। শারোয় খাওহনা তীলমু ল ইমু তান্দুনা থৌনিয়ে। খুমন শালাইগী অপোকপা খুরুমএ। উমংলাই মাপনমা, মাইকৈ ভাকপা লাইফম পুম্নমা ঈরাং থৌনিয়ে। নিংথৌনা কংলা মেন তোংহনা লৈপাক হরাও তয়াম তৌরে।

## কালেন-থা

লোইদাম কানবী কালেন থা-ও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো? ঈয়ুরা চীংথোঙ পোইরৈতোন লৈফুং থোংফাং অকোনবনা খয়ে মীফুংকোন্দগী মালেম খুলথে রুকপদা; মপাব্বি সিংতাপুঙ ত'পুং (১) সীংমিংনবব্ব লুরাই লেলফ্ থোঙজাও হাংনা, থাইখিরবগী দমক; তাপুং সীংমিংনবদি অমন সিখিরে হায়দবরা। অহুনোংগী দমক; থাম্বী মৈরক চনগুম কানা লেল্লে কালেল-ও কৌয়ে। অরা (২) হুইশোন লাংলে ওয় থোইনা থাওলে ওল্লাও থা-ও কৌরে অহু-নোংগীব লোইদাম কানবী কালেলথা, লোইদাম ওল্লাং থা-ও তৌনা মিংকৌনয়ে।

---

(১) সীংমিংনবব্ব= মখিং মাঃ বব্ব (২) হুইশোন=তরাবা ওইবা।

লোইদাম কানবী কালেনথা মিরেল হকচাং য়ুমদিন্নরা, ভুবী য়োইনোংতা নোংদা লাইরেল পাখঙবনা মালেম লৈদা থুলকুম থানে। খোইয়ুম লাইয়িংথৌসুং মালেম লৈদা কুম্নকএ হান্নবগীবু; (৩) হৈনা য়াংনু কংনা থামএ, য়াংনুথাম-ঙ কৌয়ে। লোইদাম কানবী কালেন থাদা; খোইয়ুম লাইয়িং থৌ চীংলেল নোংতাই নিংথৌ, থোঙনাং লোইচাখোম্বা শীংলেল লৈচা হেকপা, উরেল উথানিংথৌ উথালাংগা কবা; য়োইময়াই তাওদনববু ভাইরোয়নবা খোইয়ুম কোরৌ নোংসাবা। খোইমোম লাইরেম্মা থোঙনাং লোইচাখোম্বী; শীংলেল লৈচা হেকপীগা; খোইয়ুম মতৈ মনাওবু তরা চেঙঙৌ পৈ, হৈরাঙ মথেল তৈ, তাওজীং পুঙপু লেম্মা। লাইরেল মৈদিংঙু (৪) তাইবঙ সরারেলগা য়োইবু তম্ফা মশানৌপা য়োইহৈ শালাই মাপনমাগা, পোইরৈ (৫) থুলথোঙ মরিমাগা; পে ইরৈ পুম্না হুপ্না, কোরৌ নোংসাববু তরা চেঙহোঙনা; কোরৌ ললসাবা রাংবন পাওসাবা নমু পু ন্স লৈনি থানে।

থানী থিয়াথৌ অমাই সুমাতোংলাং, নিংথৌ মাইবা তরেৎমাসুং, খোইয়ুম লাইয়িং থৌ থাঙরায় মাবা নিংথৌ চীংউ উংচা চীংমাবা নোংমাই হনববু (৬) ভাইরোযননা; শেল্লোয় লৌথায়োং, থায়োং চুম্বা লোকচাও ঈদা ওঙব কৈ। কৌবা (৭) লোক্লৈথাম, ভানবা হাথাথাম; শীংলেল লৈবাং তম্না য়াংলৌ লমতান্নয়ে। খোইয়ুম

(৩) হৈনা য়াংনু কংনা=থুংবাক লোম্নরা (৪) তাইবঙ সরারেলগা= তাইবঙ পীবী নিংথোপা। (৫) থুলথোঙ = লুপ/পানা (৬) ভাইরোয়ননা= লোয়ননা (৭) লোক্লৈথাম=লৈথাম।

লাইয়িংথো হনবগী, হুইয়'ই মশুমাঙদা ; য়াংলৌ লমহৌনয়ে। অরাং লাল্লোই অহোঙকৈদা লমগা থুংনা য়োইবু তম্ফা রাঙয়োন (৮) উনালাংবী খোক্লাংচঙবী মতেংথাবু ; লাংতে উনা লাংনা. শীংলেল লৈরাং শৈবু শক্লা ; খোইয়ুম লাইথোঙ থুদিংদা শীংলেল লৈয়েন থানে। লাইরেল মৈদিংঙুগা, পোইরৈ থুনথোঙ মরিমাদা শীংলেল লৈয়েন থানে। তীলচা লাইচা তীলমু লাইমূ তায়থানে। লোইদাম কানবী কালেল থানে হায়দবরা। থাজ কোলোয় মমিংথোং অসিন্নং মাদোমদে

## খোরম মচং

কালেল থাদা থ-ঙানবা শালাইগী অপোকপা থুরুমএ। লাইয়িংথো নোংসাবা, লাইয়িংথৌ পাখঙবা অনিমক চেঙ হোংঙএ. ঈরাং থৌনিয়ে। নিংথৌনা অঙম অথৌনা লাইথোং থুদিংদা লৈ কৎতুনা থৌনিয়ে।

---

(৮) উনালাংবী=উনানা লৈ ৬ইনবী পানথোইবী।

# ঈঙা-থা

লোইদাম অসাও ঈঙাথা-ও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো? চীংখোঙ পোইরৈতোন মপারি তাপুং সিংমিংনবদি; অমন খক্লে কুম্না (১) নোংমল্লবদা। চীংখোঙ পোইরৈতোন (২) ৱাওইখিয়ে। ভাইবঙ মতুং ওইনবা নোংদম্‌ও হায়না; ঐবু থৌশীবীরবগা। পারি তাপুং সিংমিংনববু; কম্নিগী নোংমনহনবনো হায়না; য়াইবী (৩) কলহৌনীক তিল্লাং মখোয় শাওনা ৱাওইখিয়ে। অহুনোংগীবু অসাও থা-ও কৌয়ে। কোরৌ ঈনোংথোনা কুম্বী মতুং ওইনবা; মালেম লৈমায়থক্তা লাইজ ঈথাগে হায়বগী; কোরৌ কুরেক্তুংদা হাপ্না; লৈচিন নোংফাই, ঈরীক ঈকোন খৈবীকপু; কোরৌ নৈদা ভাল্লে, অহুনোংগীবু ঈঙা থা-ও তৌনা কৌয়ে। অহুনোংগীবু লোই-দাম অসাও ঈঙা থা-ও তৌনা কৌয়ে হায়দবরা। থাজ কোল্লোয় মমিংথোং অসিমতুং মাদোমদে।

চীংখোঙ পোইরৈতোন মপারি তাপুং সীংমিংনবদি; মনম মহাং চাওরে হায়বগী; ঈঙা নমচাও থা থোয়মে। থোক্লেল লৈসিনম লোইদাম কুমদম থানে। উরা হুমপুরোম চানম ঈঙাই-সংনা, থাম্বী লেপকংসেং চকমোম মৈগা মূংনা; হৌরেল য়োইমায়াইনা (৪) মতাং তেনগে তৌওল্লবদা। পোইরৈ থাম্বী মৈরিংজোয়না, মৈবা য়ায়গা-চন মৈয়ৈ থক্তা-থোংনা, মৈবা থাম্বী তৌরাইচিং চকমোম থাম্বী মৈগা লিংনা; হয়েং কৌবা নোংগা

---

(১) নোংমনহনবদা=সিন্নবদা (২) ৱাওইখিয়ে=শাওখিয়ে/শীংনখিয়ে
(৩) কলহৌনাক=থম্মোয় শোক্লা (৪) মতাং তেনগে=নুমিৎ ভাগে।

শোয়রবদা। মমাইবা কোন্তে নাকথংমাই, অমাই লাইরমপুনা তাইরেল নাপুঙ্বু খুংতা শুনা, লাইজ থীকফেন চাইনা নাহাই ঈশেংলগা। লাংগোই শামুথীগা, য়াংগোই শগোল-থীগা, মেনলাং তনবা হামেংথীগা; মুমিদাং তাংলৌ লৈনা থঙলবদা। থাবী থিয়াথৌ অমাই লাইরমপুনা, ঈঙা ঈঙেন লাইবু হোইয়ে। হৈপান লাপান লাই„ হৈরাঙ অসং লাইবু লাক্কনি হায়না; থোইয়ুম লাইতান থানে।

পে ইরৈ লমথোঙ মরিমদা, থাঙকোক পুশেল্লুয় ন, লৈথাম তারৈয়ান, য়ুপা তো সেনয়ান, উনীং থাকোক য়াম; অমাই নুপা তরুকমাগা, মালেম লৈদা তানা; মানজ ময়া-ওই হাওকুরোয়-নাই শাফবা তরুকমাগা, মালেম লৈদা তানা লমওক্লরবনী। মপারি হারি সীপনতোংবা চীংশাং লা য়েপ্প চীংয়ায় কোনথাচা, কৌবা লৈথাম মানবা থ্বা নৌববু শাংপা থানে। পারি নঙদি চান লাংথোঙ পায়না, থোয়মা নারোয়ুংদা ঈঙা কুমদয়কও। নপন ঐস্কুং অরাং কোরৌ নোংলাংপান্দা ঈঙা কুমদয়কে। অম্তুম থোয়নৌ (৫) ঈঙেন নুরাবীনে, লৈমা য়াংতৌ অঙ্গাওবীনে, মপারি কৌবা (৬) লৈথাম মানববু (৭) রাহম্নবা থানে।

পোইরৈ মদাইমাদি লুরাং থোকরাপোক চেংঙাপান, য়োইবু পীমাবী পোয়া লংতিংকম, লংঙৌ চাকথোকম, অরাং শেংকম মথনতা, হাঙোই কোনতে নুরাবীনা (৮) থাংনোং চেং লাওনা ঈঙা

(৫) ঈঙেন নুরাবীনে=থোমচোয়বী মত্রা তরুকমক্কে (৬) লৈথাম মানববু=চীংগী হায়িবু (৭) রাহম্নবা = পাওমেয়বা (৮) থাংনোং চেং লাওনা=থোংহুনা।

কুমজেল থানে। সুরাং খোকরাপোক চেংঙাপান, থীকনেম কাইবলম, শরূ নো'কারায় মানবী থোইকাপাক, থোইসু অহোঙবী ভাতাসনবু, মানবী শরক থায়না; অরূপনা মালেম লৈতাইনা, অরোংবনা কোরো নোংতাইননা তরা চানি-থা, লাইজ ঈনি-থা; থোংলেল লৈশিচাক ঈঙা লৈশিনম, লোইদম ঈঙা অশাও থানে ছায়দবরা। থাজ কোল্লোয় মশিং থোং অসিসুং মাদোমদে।

## থৌরম মচং

ঈঙা থাদা লৈপাক শী-বা থুংনা কুরাং লমতাইয়ে। মঙাঙ শাগাইগী অপোকপা থুরমএ। লাইয়িংথৌ সনামহী চেঙহোঙএ। কুমগী লাইঙ ঈনিহুনা, নোংজু নোংশা ফবা মহৈ মরোং চুম্বু পৌনিয়ে।

---

## ঈঙেন-থা

লোইদাম ঈঙেন ঈহন থা-ও কোবদি কৈদোনোংগীনো? ঈয়ুরা চীংখোঙ পোইরৈতোন মপারি তাপুং সীংমিংনববু (১) অমন শীংকুমখিরবনা, লৈমুং থোঙডারেল অহনবগী মপুঙয়ারদা

(১) অমন শীংকুমখিরবদা=সিখিরবদা।

রায়থুংলুয়ে। লৈহুং থোঙডারেল অহনবনা রাহমখিয়ে। নাওরা নঙদি কানানো হায়না পাওহংলবদা হে খমুং মপু সিদবও! নাওরা ঐদি, চৌংখোঙ পোইরৈতোনগী মপারি; লৈমা লৈনাওতাবীগী পায়মা উনকোয়নুংগী, তাপুং সীংমিংনবনে হায়না পাওথুমজমএ। হে তাপুং সীংমিংনব-ও! তাইবঙ নোংসাপান্দা, মপারি থাইন-য়াম মমোমশেংনা হক্রবাদ। উরেপ কানানা চাখিনগাবনো, কম্লেল কনানা লূথ্প্লগবনো। তাইবঙ নোংসাপান্দা অমরক হনরায়খিযো হায়না; মেন সনা রাহয়াং মেনঙোমপোকপু; শীংলেল খূংতা শুনা পাওথেমখিয়ে। তাপুং সীংমিংনবদি খয়ে মীয়ুংকোন সরা মীথু-লোন্দগী হনরায়রক্রে ঈহন থা-ও কৌয়ে। কোরৌ ফ্রেলনুংদা ঙাল্লববু; মালেম লৈমায়ংক্তা হয়া অমরক থাবীরক্রে. ঈঙেন থা-ও তৌন কৌয়ে। অসিনোংগীবু লোইদাম ঈঙেন ঈহন থা-ও খোয়য়ে।

লোইদাম ঈহন ঈঙেন-থা, নিংঙোল শীহনবনা পোইরৈ ঈরান খোংলাননা, কূমসা থাসানা লেমথোং থানে। পোইরৈ [২] থুলখোঙ পুয়মানা, ; চরৈ লূকম হেন্না, রাংলেল মারাঙ-হৌ. পুঙলেল মনিল নাইনা; লালোয় চৌংকারেংগী থোঙলেন লমশাং ইয়া: লৈপান লৈচেন থানে! মৈদিংঙু মাদাইরেন হিয়াঙলোয় ঈমীংলোয়, ঈবুং-ঙোলোয়, ঈবেম্মালোয়, মৈদিংঙু থাম্বী ঙম্বালোয় শরাম্বা ফাবা লোয়গা; তোংচেং হিনাও কম্বা থূমুনৌচাও শুবা মিৎয়েং

(২) থুনখোঙ=থুমশং, নূপ/পানা।

অনিলোঙবা, পোনবী (৩) রায়রং চেকমাস্থং মানগুম্বসিংনা। (৪) রাকয়ে অচাও-বন, থুমু নৌরোঙ তেনথন্নরা ; হিথা লানথা মকাফো'না হিয়াঙ কুমহৈনবা থানে।

থাবা লৈ.রলগী আত্তে লৌথাম্বা-শা। ঈরাংপুও, কাইরেন কাইরাং লাললৌবা মৈনম নোংচেনবা য়োইরেল শালাই মাপনমাগা ; থাবী থিয়াথৌ অমাই স্থমত্তোংলাংগা, অশৈ পনমাবা তাওরোয় পুড়লেলরাকা ; শীংলেল মনিঙ্গনাইবা অহুম্মাগা। লাইরেল সনা মমৈরায় হৈনা মত্তুং, ইনবসিংনা রাহমথিয়ে। পোইরৈ লোইদাম মনুং ওইরে। মোয়ু হৈচা (৪) রাওই-থি নোইন্থ মরল রোনবীগনো। তম্বা মীশীং থাইশীংস্থ পাথৌ ললথোই তান, লোইবী চংপা তান আথা চীংমৈ কাবরু য়াওবীগনো। রায়রং থরাই কেন, চে লৈ পনতাই ওন, থরায় পোনথিং-য়ৈ, নোইমু চামুতানবরু (৫) চৈরংও। শোয়রেল পাংলৌ কোইবা, ঙাবা মিতমাঙ্গং (৬) থায়জ পোংতম হানবা লেয়্রে জ্ঞানতানবরু কুমগনো, হেরৌ নাহে ফংনইঙনে।তুবী মমিয়োক লাইরেল মসান কনবরু শোয়ফরোইয়ে হায়না থোথাম থানে।

যোইহৈ শালাই মঙামা, মোংবা য়ুম্নাই ঙানবী চংলম ফানসাং হেনবী, থাবা তরেৎ লোকপী, হুমিৎ চীংবু লুম্বীসিংনা ; তম্বা কংলৈ মৈত্তৈ লৈমবু য়াহৌথিয়ে। মৈত্তৈ লৈমা লৈনুং চোপ্তাকা কাইবী য়েনচোং চীংলেল শাতাং য়েনগুম্বী-ও ! লাইরেল নশাবীবু য়াহো-ও।

---

(৩) রায়রং চেকমাস্থং=থুনুপ্রঙমাস্থং (৪) রাওই থি=ওইজ ওইথক (৫) চৈরং-ও=লেপ্পি-ও (৬) থায়জ পোংতম=পোং নিবা।

খোইয়ুম লাইয়ুম চঙসে চীংউ লাইপাও হংসে হাৱনা য়াহৌ-থা। ৱাংবন পাওক্না-থা, শারেল শায়েন-থা; তয়ুম লৌরমচা তরা চাতাল্লোয়; ঙবোং নানৈ শেংপা চাঙান নৈহিং চাক্লা খোঙ-কনবা মংখাং খারী থক্লা খোলহৌবা। থাঙয়ি ৱেনশম; ফোয় লোইমোম- মকম তাও। তয়ুম লৌরম অরাম য়াঙবা চন্থু, লোই মোম নাওয়োকলোয়সিংনা। থাংগাল অংথৌবদা লালতা-ফি। কবুই হাওচোং পাখঙবনা চরৈ লেংথোং য়াম্না তাওবা হুইহৈ-ফি। মপান হুইম্বা সাবা-ফি। শোঙপু য়াইরোং নামিবা চরৈ নম্নাক্লনা; চেঙপুম মাংলৌখন, থাঙয়ি লমসংমেন, খুদাং ঙাইরেল-থা, চুপমারেং লমশংকাই শমু পান্দা-থিন; লংমাই মুংবী চুপথাং-সি, খোংচেংবা মচুপথং, মচীন ৱায়রা শেংকম মানবা, মকোক তাঙজ লিল্লু-মানবা লুৱাং নোহুমশঙদা তাওখঙ-চেক। পাংলম কুমথ্রিঙৈদা; পাখঙ কুমচিং লোনফোংনুদা চাক্তাবা। তুংলম লৌগে হায়রবদি, নুরা ঙানথোপ্নুংদা য়াহীপ্পা-চেক। কেগে মোইরাম্বা চেকপু য়েক্তম্বদি য়েকশোয়দবা। নোংয়ায় খুনন চেকপু য়েক্তম্বদি য়েকশোয়বা চুপ। তুরেল (৭) চংলৈঙোইনা তাংপানবা, ফৌরা উনকোয়নুংদা হুপমিবা। চুপলৌ তাইগা মেম্না ৱাইরি সনলম ফুন। থাল্লে লৌথোঙ-থিং তয়ুম লৌরম-চা তরা চাতাল্লোয়সিংনা। লোইদাম থাজ ৱাকাওদা কুমজা ৱানিলদনা; কাওরেন মসনজা মানবী চীন্নকপা, কাওরেন লাইতোঙববু (৮) য়াইখু ঙক্তো-সি, কোংয়াঙ লেংকাই-চন, লাংলেল কুৱাংৱানু য়াইখু পরেং য়াম্না; চানা

(৭) চাংলৈঙোয়না=লৈঙোয়না (৮) য়াইখু=সনগী মঙক্তা সিবা ক্রোকলা ওবী।

চোমজাও পূন, তেকপী ঙকপুম্মাবু কাওরেল খোঙকাম্মনা, কাইবৈ য়েক্লম্মাবু কাওরেন মরাইবক্তা, য়েক্লম কায়না-হুন ; কাওরেন সল্লাই তাগনো, মানবী থূমাঙ শোনগনো, কাওরেল খূজীন কেনগনো, মূকমু সনলাই তাগনো হায়না ; কাওরেল শামি কৌনা, কুরাং মিকৌ থানে। লোইদাম ঈশ্ঙেন ঈইন থানে হায়দবরা। থাজ কোল্লোয় মমিংথোং অসিস্তুং মাদোমদে।

## খৌরম মচং

ঈশ্ঙেন থাদা পোইবৈ খূলগং খূদিংমক্তা, কাওরেল সনলাই তাদনবা ঈরাং খৌনিহুনা শামি কৌয়ে। অঙোম শালাইগী অপোকপা খূরুমত্র।

---

# থাব্রান থা

লোইদাম আতং থারান থা-ও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো ? য়োইবু খোইনোম লাইরেম্মা লৈমরেল সিদবীনা রাহমথিয়ে। হে খোইয়ুম লাইয়িংথৌ লাইমরু সিদব-ও! তাইবঙ (১) মঙ্গুং ওইনবা, চীংউ নথৌজালগী উনবী (২) মচেঙ হকমাওই, লৈরাং য়ুমচঙনববু। চীংউ নঙগী শমু নহকজেলবু পুঙমদরে হায়না;

---

(১) মঙ্গুং ওইনবা=মপুং ফানবা (২) মচেং হকমাওই=নাওপুবা।

ডংনা খানা খাঙডমএ। অচুনোংগীবু, লোইদাম আডং থারান থা-ও ডৌনা কৌয়ে হায়দবরা।

লোইদাম আডং থারান-থা, খোইয়ুম লাইয়িংথৌ ঈঙা কুমচেনবা ঈঙেন কুমখায়বা চীংউ সিদবগা, খোইয়ুম মঙাইরোয়-সিংগা। কাইরৈ চীংশোংকাবী য়েনবা মরম তরেংমাগা। লেমৈ ঙারা ঙাথোয়াঙ ঙারম তংরেংমাগা। কোরৌ নোংসাপান্দগী মমায় (৩) হাওরৈ লৈনা পাংনা; মালেম তমপাক লৈতা-থা। মখানৌ খোইমোম লাইরেম্মানা চীংউ ঈঙা কুমদম্বু খাওই-থা। খোইয়ুম লাইয়িংথৌ সিদবা (৪) খাল্লৈ য়ুপুঙথক্তা; চরৈ ফিকোয়-খন, কামু খোইচা-চেং, পুংফাই কিশি-কি, শংলৌ য়েনপুন-সা হেল্লাঙ পাবোং লাক্লা, চীংউ শাকা মাঙদা চংন, খোইয়ুম কাসা তুংদা কোনবা লাইয়িংথৌনা। থাবী লংগীরেমনা নোয়না ঙমঙম-হৌনা; তরা চেঙপৈ থানে। কোরৌ ললসা-থা, রাংবন পাওফা-থা। খোইয়ুম (৫) লাইডোন লোয়বগা, চীংউ লাইথোঙ খম্না-থা। মরান মোংবা য়ুম সাহৈদবা থানে। লোইদাম আডং থারান থানে হায়দবরা। থাজ কোল্লোয় মমিংথোন্দি ডাসিসুং মাদোমদে।

## থৌরম মচং

থারান থাদা য়ুম সাহৈদে। কোরৌ ঈনোং থৌবু ঈরাং থৌনিয়ে।

---

(৩) হাওরৈ=থা মায়কৈ (৪) খাল্লৈ য়ুপুঙথক্তা=মালেম ফংথাকথক্তা (৫) লাইডোন লোয়বগা=লাইগী থৌরম লোইরবগা।

# লাংপন থা

লোইদাম আচিং লাংবন থা-ও কৌবদি কৈদোনোংগীনো ? ঈয়ুরা চীংখোঙ পোইরৈতোম্না মালেম খূলফাওরকডৈদা। মানবী (১) হৈরোমকাও কাওরেল (২) নোংদমসন. নোংপোক চীংথংসন লাইমানববু থৌচু মুঙথোঙ হাংডৈদা মপারি চিংমারাবা হাথা-লম, (৩) সনথোঙ তাইমায়েন অথোম শীংউৎ য়েনবু চীংথরমএ। অহনোংগীবু আচিং থা-ও থোম্নয়ে। থৌচু মুঙনা পনথিংননা লাং-থাক থানে, লাংপন থা-ও তৌনা কৌয়ে হায়দবরা।

লোইদাম আচিং লাংবন-থা, থাবী থিয়াথৌ অমাই মুম-তোংলাংনাং কৌবা লোক্রৈথাম পানবা হাথাথাম, লেল নাওশোংথাম, শীংলেল থামকে য়বা হৈরাঙ খামথিংববু ; থোইমোম লাইথোঙ থূদিং-দা। লাইরেল মৈদিংঙুগা, তুবী ঝমথৌ মঙাইহোয়ুগা। লাইরেন নিংথৌ (৪) মহিসাং পুম্নমাগা শীংলেল লৈয়েন থানে।

(৫) শেলবী তাইপোং (৬) মরমপুনা; শেনবী চাকচামন কবো তোংসামন তাইপোং ময়াই লৈবু (৭) পোনচেম লাইচম থন্না. য়োইহৈ শালাই মাপনমাদা শীংলেল লৈয়েন থানে। পোইরৈ য়ুম্বুম পূদিংদা থোইথুন লাইফম ঈরাংপা পুম্নমানা; লাংবন শেংথায়

---

(১) হৈরোমকাও=পোংপু থোংবা ম্নাদবা সনু (২) নোংদমসন=সম্মং (৩) সনথোঙ তাইমায়েন ......... শীংইংয়েন=হুকচাংদা থোকপা মকে (৪) মহিসাং=মহোশাগী ওইবা (৫) শেলবী=কবো (৬) মরমপু=নিংথৌগী মহুংশিনবা, অতোপ্পা লমদা লৈবা (৭) পোনচেম লাইচম=পোল্লাং।

থা। কোনতে নাকথংমাইনা, ঈরাং থেল্লাংকা খোইয়ুম ঝাসা তাই; কোন্নুং সনা থোঙখৈরেলদা; পোইরৈ পুঙথীন থেনথীল্লা, চুপসা থেনসানয়ে। লাইরেল মৈদিংঙুসুং, চীনফু মায়তানায়ে। খীকশেং থাশেংনায়ে। য়োইবু নিংঙোন পূক্কনবীনা; য়ারৌ শাশা-খোং, মমাইবী মমাইববু (৮) য়ুপা মৈরোংপা, হয়িং ঈতা-সিবা মহৈ তাংকা-য়ু, (৯) রাংলৈ অয়াকপা (১০) হাওতৈ অথুম্বা; ফিম্ন লৈরুমসি সিং সিং লাকায়োম, পরৈ তরুক লৈ, পথোম তরুক থোম; লাইরেল মৈদিংঙুদি, মোংবা থাঙঙা লপয়ান কা, লাংলেল শারোঙ পুঙমায়খা খাইজ মিতম কোন্দা; তুবী চৌংবু লুম্না ফমফম্নবদা। নোংদা লাইরেল পাখঙবা মাম্নুমথংবু; মোংবা শমচিন লোইয়াকমদা ফমফম্নবদা। মাদাইরেম থাবী থিয়াথৌ অমাই শুমতোংলাংগা, তাওরোই পুঙলেলরাকা অশৈ পনমাবগা; শংতিং লোনঙৌচিন কুমচিং লোনমায়হেন, লোনথাং মঙান নাই, তাইবঙ লমকা হোনা লমদান্নরক্লবগা। লাইরেন সনা মখোঙথা, নোংদা লাইরেল মঙু-মাওদা রাইথুংলয়ে হায়দবরা। (১০) তেকপী সুয়েলপন, খাকি আতাই চিরাং রারোকপবু, লাইজ খীকফেন চাইনা ঈরাংলবগা। তেকপী রারোককোন্দা নাওয়োকঙমএ।

লাইজ ঈরেলপুঙনা ঈশিং তয়েল-চাও; ককচেং তৌদোন খোম, তাঙজ ফৈনা লাম্না ললহা কোম্না-তাও, তুরেল লাইথাফান, কাওবী লাল্লোয় তাওনা, লাইজ রাংথং মায়রোয়নবা থানে . লোইদাম

(৮) য়ুপা মৈরোংপা=মৈহৌবা য়ু (৯) রাংলৈ=ময়াক কনবা (১০) তেকপী =ঙক

মপুং ওইরক্লবগী, লাইজ ঈরাৎনবা থানে। লাইরেল মৈদিংঙু নোংথোরেল পূমাব-ও! ফমথৌ মঙাইরোয় লাইরেল মহিসাং পুমমাগা; রাকয়ৈ থোঙওইননা, সনা চোঙলেল থান্না রাকয়ৈ হিরম চৎলকপদা। লেয়ৈ ঙানা শিল্লে ঙাশিল্লাং; নোইস্ত থুম্না শিল্লে থুমশিল্লাং; য়ারো শানা শিল্লে শাশিল্লাংবু; হৈরাঙ মপুং ওই তাওজিঙ মসিং ফারে। হয়িং পেংলোইনাইনা (১১) খোয়মা লোঙচুমরগনে। থম্না লৈরায়পান ঈমু ঈঙৌপান চমু চাঙৌপানগী কুয়কও হায়না য়াহৌ-থা। লোইনাম আচিং লাংবন থানে হায়-দবরা। থাজ কোলোয় মখিংথোং অসিস্তং মরোমদে।

## থৌরম মচৎ

লাংবন থাদা পোইরৈগী শাগৈ শালাই পুমমানা অপোকপা থুরুমএ। নিংথৌনা অঙম অথৌনা থোইয়ুম লাইফম থূদিংদা, লৈ হৈ কৎনা থৌনিয়ে। কবো মরমপুনা লৈয়াম পুরক্লনা, নিংথৌদা অঙম অথৌদা লৈপাক্তা লৈ য়েল্লে। লাইজ ঈরৈনাবু ঈরাংলে।

---

(১১) খোয়মা লোঙচুমরগনে=উনা লাংনাদা হয়িংনা চবুম চবুন য়োম্না তোংশরগনি।

# মেরা থা

লোইদাম আরে মেরা থা-ও কৌবদি কৈদোনোংগীনো? লাহানবোং থম্মুং থোঙভারেল অহনবা সরা কংলৈ পুঙফাবনা; চীংথোঙ পোইরৈতোন মপারি তাপুং সীমিংনবদা; শমু খুৎশিন-নঙমত্রে। নপন চীংথোঙ পোইরৈতোন্না খৌজু মুঙথোঙ হাংনসন; মানবী কসোম-সন চীপাকপা (১) চীংথংসন লাইমানবাবু। মরোঙ চৈগা ভম্না ঈরাং থেল্লাংনরু-ও। চীংথোঙ নমী য়োরু-ও, ব্লাংবন নশা কল্ল-ও হায়না পীওম্লকপা-সন। মানবী হৈরোম-কাও কাওরেল নোংদম-সম্না; অরি অনৌ ভাইনা মেল্লে। অচুনোংগীবু, লোইদাম আরে মেরা থা-ও কৌনয়ে হায়দবরা। থাজ কোল্লোয় মমিংথোং অসিম্মুং মাদোমদে!

লোইদাম আরে মেরা মিকৌ থানে। (২) থাওয়ি ভাঙতম-ম্লান (৩) লোইমোম থোইভাঙ সাবা থানে। চীংথোঙ পোইরৈতোন মকুম্সা কৌয়ে। লোইদাম ব্লানিলদা, থাজ বাকাংদনা; লোইদাম মঙ্গুং ওইরকপা খুদিংদা। লাইরেল মৈদিংঙুগী কুমচিং লোনমায়থক্তা লীক্লু থম্বাল-চিন, চনৌ হুইচৌন-তু কংলা চাক্লা লাইশাম্লুবী কংলুহুম, নোংমাই মাইবা থাবী মথিনাইনা, কাইরৈ শোকচোন অমুবীনা শোয়নিববু; শোয়য়াম্বনা, আমে চাক্লা আমে লোংনা; কোরৌ চিভাইফম ব্লাংবন পাওকাফম, কাসা লৌরাংফমদা;

(১) চীংথংসন লাইমানববু=চীংদা লৈবা লাইওম্না ফজবা মন (২) থাওয়ি=ফো পানবী (৩) লোইমোম=ফো।

চূপ্লেল অমা তাইয়ে, নাওয়েন অমা তাইয়ে। থারৈ কুরাংপা খোংপা লাকসা, চীংলোন তয়োনস্নুনা; লৈমা পুনসি-নি নিংথৌ পুনসি-নি শুক্লি শোয়নিনা, খোইমোম লাইরেম্বু ঈরাংনয়ে।

লেৈয়ে ভাতাই ঈরাং মঙামাগা. তেকপী রাব্রোক পুকথিন্নরা, লৈনুং হিচাবা তানতে খূংহৈবনা রাকয়ে হিথাথিয়ে, হিথা-ও; কৌয়ে। তোংচেং নাওমৈ ফাবা (৪) রাকয়েবু, শমু খোঙওইননা অরাং কৌবা মেরা লোক্কী কৌবরেল সনচীকপবু, লাংলেল কোং-য়াং রা-য়াম্না, পোইরৈ লম্মাহন মালেম মনা লৈকংলা লাইখোঙ-ফমদা; কাওরেল লাইথেংচন মানবী লীগা-লো. তরঙ লৈমচা য়াংলৈঙম্বা (৫) লৈরাং মশুংতম্বা সনথিন তেংমায় থিনবনা. (৬) চরৈ রে রে কৌ. হাওকু তুমকম থং, লাংবন কাংজীন লোনফবা, কাইরৈ য়েনথীং ফবা, থুমু লুমথীং চনকবা (৭) মরোঙ লাংকপ মঙা ফাংবা ফাওবা কিবু; মরোঙ লাংকপ মাঙইন্নরা, তেংনা লাংমৈ থাং, লৈনুং অশৈবী শক্তি লাংকপ্পীনা। কথী থাদা-পম, রাইশেং ফান্না-ঈক, খোইজু তোল্লোং ঈক্কা। মমাইবী লীরি লীষোংবী মাংরাই ভুংরাই-বীনা। মচেঙ কাইরৈ নাক্তা য়েপ, হাওকু তয়োনখোম. য়াইখোম পিসিন তোম্ববু; লীক্লাং ভাঙগোয়-শি চরৈ কিশি-কি পাইখু লেং-য়াম্নরা। থীক্লেল থাদা ছন; কোরৌ পাওফারোয় চীংউ লললা-রোয়. খাবী থিয়াথৌ তাওরোয় পুঙলেলগী অশৈ পনমাবা য়োইরেল

---

(৪) রাকয়েবু. শমু খোঙওইননা=হি তোংহ্নবা (৫) লৈরাং মশুং তম্বা= ফৈদা ওইবা (৬) চরৈ রে রে কৌ=ফি কোনা চিংথংহুনা (৭) মরোঙ লাংকপ মঙা ফাংবা=শাফালালফাগী মন. ফি।

শালাই মাপনমাগা। সনচী নাঙ্গেং য়ৈ, কুরুং পানগা য়ৈ, হেকঙাই মপাঙ-চাও, থিনকম মনিল নাইনা ; চীংউ কাসা অসেম্বগী খোইয়ুম লাইমিং সোম্না, কোরো চিন্নাং তাইবা থানে।

লাইরেল মৈদিংঙু নোংদালাইরেল পাখঙবা মরৈখং মৈমু তোমসোন-চিন, (৮) পাক্লোয় ঙংচা থেমতাই য়েং শঙেং শময়া-খোম, তুবী কোক্লেল লূফম হেন্না : লাইরেল শঙতিং মনীংখম ঙবয়া তেনজীন সাববু চরৈ মকাফোং লীক্লাং মঙান নাইনা ; মমায় হাওরৈ লাইনা পাংনা। চীংউ কাসারেল সিদবা, অতোং অরেংববু খোয়মা মায়য়োক্লনা ; খোইয়ুম লাই মরু অথুপ্পবু উনবা পুক্লীং লেপ্পা ঈরাং থানে।

তরঙ লৈমচা য়াংলৈঙন্বা লৈরাং মশুং মানবনা। মরোঙ সনথিন তাবু মাঙইন্না ; থোঙ্গু নুংথোঙ হাংনসন চীংথংসন লাই-মানববু। তেংনৌ লুমনৈ থাংনা, থুলবী নোংলৈনংবু ঙক্লোয়ননা। চকফি লাইকুপসীবা সনবু। মানবী সনলাইথেং চেংলৌ নিংয়াং থন্না, মরোঙ চৈগা তম্না তুবী নমিয়োক লাইরেল মশা কন্না থানে।

লোইবী (৯) চীংবুরোয়বা, (১০) হেমপ তম্বু কোইবা পুম্ন-মানা। কাংগং পোংপু সেম্না লম্বাল লোইহা থানে। লোইবী হাওয়োমসা, চুমপুন লাম্লোয়-থেম, (১১) হুইরোঙ লূফা চিন্না, লাংগোই শা মউনবু চুঙচি লাইচম থাংনা ; শরীক খীং খীং খীং,

(৮) পাক্লোয়=কোকয়েং (৯) চীংবুরোইবা-- চীংদা লৈবা মী (১০) হেম্বপ তম্বু কোইবা = তমপাকী খুলথংশিংগী মী (১১) হুইরোঙ লূফা চিন্না= কোক্তা চীরোঙ খেংনা

শীংলেল (১২) লৈথেং চুম্ববু মরোঙ ওক্তা-হুক, লোইবী কোইরেং-তা (১৩) তেংনৌ তাখোক ওইববু. (১৪) তিমেন খ্বাঙতপ পায়, শমু খোঙখপ তোয়না লোইবী হাওচোং থানে।

তেনবী চকম তাংনম্বা চেক্লা নাকাসা সরা উচেক খোইনীংনা, পামেন নাগা নপ্পা : তুমুং লংলা-মনা পোনগা ফানা ; (১৪) রাংলৈ আয়াকপা (১৫) হাওতৈ অথুম্বনা, তোক্কা লৈগা মেম্মা সনা হাথা ফনাবা। (১৬) তুবী (১৭ মমী য়োক্লা লাইরেল মশা কম্ম থানে। অশৈ ফম্লেলগী তাওরোয় পুঙলেল রাক্লা ; তুবী মতৌক শক, লাইরেল মঙন থানা। থাবী (১৮) য়োইরেলফম. মপু সনা (১৯) ঈরেংপা-কোইবা ফম্নাংচান. লাইরেল সনা মতেংথাবু : অশৈ (২০) পুরী-থোক, অপোক চাদা (২১) লাইহুই লোম্ম-থানে।

পোইরে (২২) খুনথোঙ মরিমাগী ; তনবা ফৈরা তাম্মা কনবা, পাথৌ শমু খোঙয়াঙবসিংনা। মোংচুপ রাংকোমান থম্লাং মৈকাই চাংগী হীগোক কুম্মান-লৈথুম্বা শীংলেল কাকলৈবু (২৩) কোক্লেল লুফম হেম্মা, কংলৈ ময়ায় খায়না য়াংলৌ লমদাম্মবা থানে।

তনবা ফৈরা (২৪) তাম্মা কনবা (২৫) অয়াঙ খোঙনা থোই-বসিংনা ; তুবী (২৬) য়োইকোম্নুং মোংবা শমচিন লোম্মনাথাফম,

(১২) লৈথেং চুম্বা মরোঙ = লৈথেংপা চুঙ (১৩) তেংনৌ=য়োংনা (১৪) রাংলৈ=য়ু (১৫) হাওতৈ = পূকম্ম (১৮) য়োইরেলফম = ম্নাইফবা মফম (১৯) ঈরেংপা-কোইবা=প্যারা পুরীগী লৈঙাকপগী ফম্বাল (২০) পুরী-থোক=পারী পুরী শক (২১) লাইহুই= হৌরকফম (২২) খুন:থাঙ=পানা/লুপ (২৩) কোক্লেল লুফম তেম্মা= বোক্কা লৈতেংবা (২৪) তাম্ম-কনবা= কম্মাক কনবা (২৫) অম্লাঙ খোঙন থোইবসিংনা = লমজেল ম্লাঙবা (২৬) য়োইকোম্নুং=নিংথৌগী লৈফম।

লাইরেল সনা মখোঙখাদা ব্রাইথুংলবগা। মদাইয়েম তাওরোয় পুঙলেল ব্রাক্সা ; তুবী মতীক হক্সা শক. লাইরেল মঙনথানা ; অশৈ পুরী-থোক অপোক চাদা লাইগুই লোম্না তাওবা ছইরিল থোক, য়াংলৌ লমজেন থানে। মেরা মেনতোংথা. লোইবী হাওচাং থা ; পোইরৈ পূন্না হুপ্পা হয়াও তৌইত্তাওনবা থা ; থোইমে'ম লাই'রন্মা কোরৌ আয়াংবীগী মকুমসা। লোইদাম আরে মেরা থা-গ তৌনা কৌয়ে হায়দবরা। থাজ কোল্লোয় মমিংথোং অসিংসুং মাদোমদে।

## থৌরম মচং

মেরা থাদা চহীগী অনৌবা চেঙ চনৌ তংবা হৌয়ে। মেরা চাহৌয়ে। থোইমোম লাইরেম্মবু ঈরাং থৌনিয়ে। লৈমা নিংথৌ লৈপাক্কী পুন্সি নিয়ে উকাই কাপএ, ক্কাক তাল্লে। চীংবুরোয় তম্বু-রোয় পুন্নমান। ; নিংথৌদা, কাংগৎ লম্বাল লোইপোৎ হায়ে। মেরা মেনতোংএ, মেরা হাওচোংএ। মেরা সনতুম্নয়ে। অকন অথৌ পুন্ন-মানা মূক্সা কাঙজে, লমজেল, থাও তানচিংবা হয়াও কুমহৈ তৌয়ে। চীংবুরোয় তম্বুরোয় পুন্নমাবু পীজ পীথক তৌয়ে। মনা মথুম য়েল্লে।

---

# হিয়াঙকৈ থা

লোইদাম অচীক চীকথম-থা হীয়াঙকৈ থা-ও কৌবদি কৈদৌ-নোংগীনো ? খোইয়ুম লাইমরু সিদবা কৌবরু অশুপ্পনা ; মালেম লৈশেম্লকপবু মালেম লৈরেপ-ফা, কোয়ৌ নোংলেপ্পবদা। কানবী অশাও পান্দম-লাক, উনথম অচীক খায়না মালেম লৈয়োয়রবদা। মালেম লৈসেম থাকপু ; চীংউ মপুরেল নামুংবদা থুপ্পা চীক্লা থম-খিয়ে। অতুনোংগীবু লোইদাম অচীক চীকথম থা-ও থোন্নয়ে। লাইরেল মৈদিংঙূনা রাকয়ৈ হীরেলথক্তা ; হীয়াঙ তেংমায়থিম্না ; খোইয়ুম লাইথোঙ খুদিংদা, থেল্লাং কৈরাংলে, হীয়াঙ কুমহৈ সাম্নয়ে, হীয়াঙকৈ থা-ও মিংথোন্নয়ে। অসিনোংগীবু লোইদাম অচীক চীকথম-থা, হিয়াঙকৈ থা-ও তৌনা কৌয়ে হায়দবরা :

লোইদাম চীকথম হীয়াঙকৈ থাদা। তুৰী শীংথোঙ য়োক্লে হায়বগী ; শীংলেল মনিল নাইবা অহুম্মানা। রাংথৈ কোংবা হীরুদা। তরা চেঙ মচংবু চেঙজা মায়ঙৌ তাম্না লোইমোম চেঙকূপ-শী, তাঙজ লিলহা-মদা তাংলৈ ঈন্নাং থানে।

লাইরেল রাকয়ৈ মথুনেংপু, রাকয়ৈ (১) হিরৈতেং শীন্নৌ মেনগা য়াইগা তোপ ; লাংগোই শায়াঙ (২) তরুক খোংবা হিবু, তোংচেং হিয়াঙকোকপু কোয়রেল নামৈ খৈদা (৩) তুবী কোয়চা-য়েক লাইরেল য়াঙলী তম্না (৪) হিরৈ-তেংলবদা। লাইরেল

---

(১) হিরৈতেং=হিগী লৈতেং (২) তরুক খোংবা=তরুক সাংবা (৩) তুবী কোয়চা য়েক=লাইরেলগী শক্তম য়েক (৪) হিরৈ তেংলবদা = হিরু লৈতেং-লবদা।

মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবা (৫) মরৈখঙ, চোইনৌ সনা (৬) লৈরু-থকপু কোক্লেল লূফম হেল্লে। ব্লাকয়ৈ তেংমায়-থক্তা তোং, ভুবী নিলছুম নিল্লে।

মদাইরেম হিয়াঙলোয় শঙলেন (৭) তেংমায় থিনবনা (৮) লাংমৈ পুঙলেল-চিন, চেক্লা-উরীকশেক্লোয় তুফাং চিন, সনা চোঙ-লেন থাম্না তোংচেং হিপূক থক্তা তোংএ। ভুবী মদাইরেম তনবা পুম্নমানা ; শীংলেল লীক্লু-লৈবু থাদা চিন, তোচেং মরাঙ হৌনা, (৯) অরোই হিহোনতৈ, তোংচেং লমতম হিবু, ব্লাকয়ৈ মাঙলৌ হোন্না, অহোঙ লৌরাওপুঙগী তোংচেং লীশাও সানা ব্লাকয়ৈ হিহোন-থংলবগা ; খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চাখাবা লাংমৈরেম্বা লাইজ মহি-থেলদা ব্লাকয়ৈ মিকোন থানে।

লেম্লৈ ভামি য়োক্কে হায়বগী ; লাইরেল মৈদিংঙুদি খোইমোম লাইরেম্মা লাইজ ঈরাই লৈনগী ; মোংবা য়ুমদাংসাং মালং নোংশিং-থোঙবু মিংয়েং শানকৈরবগা। থূরায় পনমাথা ব্রাংবন মরুদা ; লম্লেল লমথা শঙদগী, লাল্লোই লমদাম্নরকএ। তুবী ব্লাকয়ৈ খোঙ-ওইননা, থাবৈ লেম্লৈ-ভা, পাংতোন কোনতোন ভাবু, ব্লাকয়ৈ হিকু-লুংদা, লেম্লৈ ভামি কোনা থানে। ব্লাকয়ৈ মরাঙ-হৌ তোংচেং মথি নাইনা হিরেল হিকারক্লে। লম্লেল খোমিতোক উভামপৈবু ইন-তাল্লকএ হায়দবরা।

---

(৫) মরৈখঙ=মশাগী ওইবা পোং (৬) লৈরু থকপু=কোকয়েং শামচিন
(৭) তেংমায় থিনবনা=লুচিংবনা (৮) লাংমৈ পুঙলেল-চিন=লাংমৈ মতু খেং।

মৈদিংঙু তেনহৈবা (৯) রায়বা তেনকৈথা লাইরেল থুংতৈ মায়তালমদা রাকয়ে হিকারকএ। মোংবা থাঙজা লপয়ানকাদা রাইথুংলবদা। মমাইবা খাবী থিয়াথোগা, তাওরোয় পুঙলেলরাক- না ; তুবী চীংখোঙ পুয়োক শৈবু, লমওক মিকোন শক্লা, লৈমা পুন- সি-নি নিংথৌ পুনসি-তান ; লৈপাক ময়ুং মঙান নাইবা পুনসি চেঙজন নিবা থানে। লোইদাম কুম্বী রাকাওদা থাজ রানিলদনা ; মৈদিংঙু মদাইরেম পানবা কৈশঙব কৈরেল তেংথাবা, তনবা কংলা কাওনরোয় মশেনবু ; খোরমা মমায় লৈদবা, য়ামচেং মনম মুকুবা ; লানফম মায়ম্বোকয়ানা মানবী চীরৈ কনবা, তাওবা তম্না চাকন-কনবা ; অয়াঙ কৈতু য়েলমুং কাওনকনবা ; (১০) তিমেন থনুং থীংনা তীবী মরুথক, খুনজা খুল্লাইরেল, মরুমখাক্তম চামনগী কাসা নোংথৌ থৌরায়মীচাক খোংচোম্নুবী ওইখিরবসিংগী , তনবা থয়াঙ মথৌমন হিরেল কাইসা তান্না, তনবা থয়াঙ লোনচনবা ; কোম্লুং থয়াঙলোন ওইখিরবসিংগী. লাংগোই লাম্লোই তোংকা- চীংঙাঙনা চন্না থানে। লাইরেল মৈদিংঙুদি, তুবী কংলা (১১) ফম্বোইমিং লাইরেল ফল্লাংমৈ তোন থানে।

মদাইরেম (১২) অথম মীপোকপা পুন্নমানা : * রায়রা শাশীং- থা, হুয়েন লালশীং থী (১৩) পল্লেম মমাপোক্পী তনবা কোম্লোয় মমিং-থা, কংলা ঙাঙনা চন্না খোইমুম পাওতাক থানে। অহিং ঈঙ্গুং শোয়য়ায়মবু য়াতারবগা ; মৈদিংঙু মদাইরেম হিয়াঙলোয় তোংচেং

(৯) রায়রা=তেন (১০) তিমেন = তা (১১) ফম্বোই মিং = ফম্বাল তোংফম (১২) অথম মীপোকপা=মীহাং মীকন ওম্বা (১৩) পল্লেম মমাপোক্পী =অপোকপী মমাগী।

হিপুক থনবনা ; লৈকু খমথেংদা লৈরায় চুপথৈদা, রাকৈয় ঈফু চাওদা লাইজ ঈরাঙ হৌদনা। মচন মেন্নুখোং মেন্নু খুৎয়োন থোংবু (১৪) ঙয়োম্মনা। তুরেল লাইজ ঈরেলকোল, নোংবানলোন নোংমোইহু অকোঙবী শাতুকোন, ঙাংঙোই য়োইমোংবা তুদৌ-কোল, পৌনম ঈরেল কোন্দা। (১৫) তুবী মহী হীনা মেঙবা, লাইরেল (১৬) ময়াই য়াইনা কবা, চেংলৌ মিৎহেনবা য়ারানা, হরাও থোইনা ওক্লমএ। লাইরেল সনা মখোঙথাদা, খোইয়ুম লাইপাও তম্মা থানে।

নোংলেল ঈমৈথম লাইজ ঈমৈ লোম্পা থানে। কোরৌ শঙচি খা-থংবা, মৈরম নোংপোক পাংবারমদা। হাওরি হাওতেন য়েন-খোম য়েনসনা নৌচীন অমংববু ; চীংহে নোংহৈ থাবু, থামেন নোং-কাং থানে। অয়াঙ লেমথোঙ-থা, তিংখং মৈফুশোয় অয়াঙ তোরান থানে। লাইরেল মৈদিংঙুনা ঈঙুং শোয়য়ায়মদা। তুবী শঙতিং লাইল্লে-থেম, লানপোৎ মঙান নাই, চরৈ ফিমু খারোম্মা ; নোংপোক

---

(১৪) ঙয়োম্মন = নক্লন। (১৫) নোংবানলোন = লুরাং শানাইপী নিংঙোন (১৬) তুবী মহী হীনা মেঙবা = মীনুংশি খঙবা

---

*নিংথৌগী মমাঙদা মূক্লা যত্রা সান্নবদা, মায় পাক্লবা যত্রা অহুনা চোংথংতুনা মশাগী মপা মমাগী মশক মমিং হায়হুনা নহাদে যত্রাদে হায়ন, লাওহুনা মথুন য়ৈ। মাহুদা লাওরিবহুবু "কংলা ঙাঙবা' কৌই। মাহুগুম্না অকন অথৌসিংনা, শা ফারকপা লাল ওল্লকপা, লৈপাক নিংথৌগী থবক্তা মায় পাক্লকপবু, লাওহুনা মশীং হায়হুনা শীংখাববু, শা শীং লাল-শীং থাবা কৌই।

কাম্বা শিলহৈবা মচুংখঙ, কমবোং আতেন্না-চা শিলহৈবা মখূৎসা। (১৭) চুঙথক থেপানথোং নানতৈবা; চুঙলোং নাৱৈ লোঙববু, চঙচি লাইসম থাংনা শীংলেল লৈথেৎ তৈবা, সনা কোনথাঙয়ায়দা হেন-ফবা চুঙবু ; তুবী তিমেন মখূৎশু য়েক্লে থিনববু ; য়াংঙু সনা য়েক্তেবা থেন্নে তমফা থিনবা। ময়ায় থোংনাং নানৌ লীনা তাওখঙলববু ; তিমেন খূৎতা-শু লালথাও মন্নাই ফববু থাঙলেল নামৈ য়েপ্পা ; নিংথৌ থোঙথুবা (১৯) মংলিংন্নায় ; কৈ মা পিয়াইন্নুনা মংশঙন্নায়, মংলেল অকুংপদা পুন্নং (২০) মংলক-য়ান ; চংবী (২১) লাশম ফোয়না হুয়েন লাননিং থান্নম্নবগা। মৈদিংঙু লোইয়ুম্বা চেঙজা নুং-গোয়বীদা। ন্নায়ন্না শামিং-থা, হুয়েন জানমিং কৌনা মংলক য়ান-বা থানে।

মৈদিংঙু মদাইরেম হিয়াঙলোয় ইমিংলোয়, থাংজিং মখোক্লাং অতোন হাওমোইবা চন্নুগী অঙনখোক, থুগা নুম্লোকচে। কেগে মোইন্নাং লানমী লম্মচাও ফানচৈ। তাক্লেল হিথাচৈ, কংলা মৈচন-থোক। চেংলৈয়াঙ থাওতৈশুগা, থোংনাং ময়াং লাইরুকোই শিল-হৈববু সন্না চীনবুন য়েৎ, শন্নীক খীং খীং খীং লাইহুই-থাং, লৈন্নক থোকাই চৈবু, কোংয়াঙ লেংদা থোংনা, লোইদাম হিয়াঙকৈ থানে। লোইদাম অচীক চীকথন-থা, হিয়াঙকৈ থা-ও তৌনা কৌয়ে হান্ন-দবন্না। থাজ কোন্নোয় মমিংথোং অসিম্নুং মাদোমদে।

---

(১৭) ময়াই হাইন মথাং থৌজান হৈবা ১৮) চুঙথক থেপানথোং=মথক্তা থে তৈবা চুঙ (১৯) মংলিংন্নায় = মংওইবা মফম (২০) মংলক-য়ান = মোংফম শেংদোকপা (২১) লাশম ফোয়না=লক মতোন কন্না।

## খৌরম মচং

হিয়াঙকৈ থাদা, কোংবা হী মরুদা; শীংলেন মনমনাইবা কৎলে। তাঙজ লিল ঈন্নাংলে। নিংথৌনা হিয়াঙ তোংএ, হিয়াঙ কুমহৈ তৌয়ে। নিংথৌনা হিয়াঙ তোংলগা খোইয়ুম লাইয়িংথৌ চখাবা লাংমৈরেম্বগী হিদেলদা, হিয়াঙ মিকোল্লে। অমাইবা অমাই-বীনা হি তোংতুনা লাইফমসিং কোয়না চৎতুনা ঈশাংলে। লেম্লৈ ঙামি কৌয়ে। হন্নকপদা নিংথৌনা হরাও তয়াম্না ওকএ। নিংথৌনা শাফি লানফি শেৎতুনা শাফা লালফাগী শামিং লানমিং থানা, নুং-গোইবীদা মংলক য়ানলে। অকন অথৌ পুম্নমানা শাফি লানফি শেৎতুনা হরাও কুমহৈ তৌয়ে।

---

## পোইনু থা

লোইদাম উনথম পোইনুথা, পোইনু পোংলেল থা-ও কৌর-দি কৈদৌনোংগীনো? চৌংউ মপুরেল সিদবনা; মপারি অহুম্মাদা খোইয়ুম মতীক খঙহনগে হায়বগী; অন্নাং কুরুমচৌং মঙন্দগী ক ও রল (১) সিতম্নন তাওথরকপবু। মপারি অনিমানা খঙঙমগবরা খঙ-ঙমদে। মপারি খোম্মাতোন অতোনবনা; মপন পনথৌ মপানি হায়বা খঙলবগী; (২ উনবীনুংদা চেৎনা থম্লে, উনথম থা-ও থোম্নরে।

(১) সিতম্নন= সিশিন্নন (২) উনবীনুংদা=থম্মোইনুংদা

থাঙয়ি অহোঙবী লোইমোম ফৌওইবীনা; খাৱ্লে লৌরেল থক্কপী, মরান কৈরেনমুংদা (৩) পোইনরক্লে, পোইন্নুও কৌয়ে। ঙাইরন পোংলেল সেম্মা কৈরেলমুংদা কারক্লে, পোংলেল থা-ও মিংথোম্নয়ে। অসিনোংগীবু লোইদাম উনথম পোইন্নুথা, পোইন্নু পোংলেল থা-ও তৌনা কৌয়ে ফায়দবরা।

য়োক্ইবু খোইমোম লাইরেম্মা লোইমোম ফৌওইবী থাঙয়ি অহোঙবী লোইমোম অচাওবী তাইবঙ য়োক্লা ফৌনা; থাঙয়ি (৪) ঙাঙতম-য়ান লাইমোম খোইঙাঙ সারক্লবদা। তয়ুম (৫) লৌরমচা তরা চাত ল্লোয়সিংনা। তাংখুন থাম্বী লৌখৈ-থাঙ; (৬) মচীন থরঙ হাইন্নু মানবা, মখৌ কোনঙৌ খোংবা নোংপোক চাক্লাই থাঙ তোনকোনবা ময়া চাতরেং হুমফু পানবা, য়াতোন শেকপী য়াতানবা কাংওই মুন্নাবী ফানা থাঙবু, শমু খুংতা শুনা। (৭) ওইত্রে শমপা খোম্না, (৮) য়েংত্রে থাঙগা হাইনা; লোইমোম, থাঙতপ-শম, থাঙয়ি চদোন কক্লা, লোইমোম পান্দোং থাওদং-থানে।

মরোয় তাইবী খুংলঙ হৌনা সাবা ফক, শোঙপু লাইরা ফকপু ফক্লোং সন্না-থা। তয়ুম লৌরম চন্নসিংনা, চরৈ খ্বাঙশেং মঙি-লাং, ফৌবোম ফাখোম্নবা। তম্নম লৌরম-চানা উপল চৈরোঙ ফাম্না

---

(৩) পোইনরক্লে=লৈফম হোংলক্লে (৪) ঙাঙতম য়ান=ঙাঙনা য়ান (৫) লৌরমচা=লৌউবা মী (৬) মচীন থরঙ হায়রু মানবা =খুনু থরঙ মচীন মানবা (৭) ওইত্রে শমপা খোম্না =ওইনা শম খোমদ্রুন। পারবওম, খুংওইনা ফৌ পন্দোং খোম্না পায়দ্রুনা (৮) য়েংত্রে থাঙগা হাইনা=য়েংনা থাঙগোল হায়দ্রুনা

থাঙিয়ি চরোং ফুনৎ-থানে। ৯) পামমেন উমায় কোন শাকবা, লোই-মোম ফোইনতে'ক্র; থাঙয়ি চিগা পৈনা, ছম্মাই মাইরেং হৌনা ফৌমায় শেংবা-থা। পাখঙ শঙবায নাবোঙ পুনা লোইমোম ফোরম চল্লে; পাইখম কোংলেল থম্না চাকা খানে।

মৈদিংঙু মদাইরেম অমাই শুমতোংলাংনা। কম্বী নাঙরৈখ্ রাইশেং ফাম্না ঈক খোইজু তোল্লোং ঈক্না খারী খোমকা হান্না সীং সীং লাকা য়োম্লে। (১০) কিমু লৈরূম-শী, মচেঙ কাইরৈ অমুবীগা, তেকপী ওকপুম্মাগা, হৈরাঙ ফোহৈরীগা, হৈশোয় য়ুপান হোনা। য়োইবু লোইমোম ফোঙইবী খোইমোম ফৌমিং য়াম্বী, থাঙয়ি চামিং হকপীবু। লৌরি শেনতোই খাল্লে লোকোম্নুংদা য়াতারিবীবু; লোইদাম পোইনু ফৌকৌ খানে।

লোইদাম পোইনু-থা. খাবা উনলেলবী চকমোম লাংগচোই অঙোবা; লাহান-নোং মালেম তমপাক হৌডৈদা। চাখা খোংচোম্নু পূনুং হরাই-থা, সংলো মরী-চৎ য়েল্লাঙ মকা লাম্না; পুনুং হরাই মহৈ য়াল্লববু, শমদোন অয়াঙবনা নেংথংলবদা। খাবা উনলেল ওইখিয়ে। (১১) তম্বা কোরৌ অরাংবীনা লাংজন লীতোন-রায়; কোংলোতোন লৌখীব রায়োং ওন, শমুতোন অম্বাঙবা খুলথি উন-ও তোনা কৌয়ে।

খাবা উনলৈকাই লানশু চাঙৌ লিক্লা (১২) মালেম মনম শীনা, চরৈ ফিঙৌ ফোঙমনা; লাইজ ঈপাক থকুগী লমগা তৌনা, হামলেল

(৯) পামেন উমায়কোন=ফো ইরবা উনা সাবা কো ইনতোপ (৮) ফিমু লৈরূম-শী=ফি অমুব থাতুনা (১১) তম্বা কোরৌ অরাংবীনা=পানখোই বীনা

লৈচিন সিফা ছল্লে। থাবা উনলেল চোয়ন থানে। লোইদাম উনথম পোইন্নু-থা, পোইন্নু পোৎলেল থানে হায়দবান্না। থাজ কোল্লোয় মমিং থোন অসিগুং মাদোমদে।

### থৌরম মচং

পোইন্নু থানা, নিংথৌগী মাইবা মাইবীনা; য়েন অমুবী ওক্লচিং-বা য়াওনা ঈরাৎতুনা ফৌওইবী খুরুমএ। ফৌমি কৌয়ে।

---

## ব্লাচিং-থা

লোইদাম ব্লাকচীং চীকথম থা-ও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো? চীংউ সিনবা খোইয়ুম (১) নামুংবানা। তেংবানবা মনুংওইনবা (২) পুন্নুং লেপতম লৌরগে, নমু তাইবঙ ওইববু শাফোঙগে হায়না নীংথল্লদুনা। তাইবঙ নোংসাপানগী থৌরায় নিংসা পানবা পুন্নমাবু নোংদম নোংখায়গে হায়বগী। চীংউ খেইয়ুম লাইয়িংথৌ য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা অনিমানা; থৌজাল লীয়েৎননা লীতিন্নরে। চীংউ শমু মঙবচাংবু পুঙ মদরবগী। খোইমোম লাইরেম্মা লৈমরেল সিদবীদি; চীক্লা ব্লানা খাঙলে, ব্লাকচীং থা-ও কৌয়ে। চীংউ থৌজাল মরলকুবু; খোইমোম লাইরেম্মানা নাওবী ঈব্রায়-কোন্দা: ঈঙনা চীক্লা থল্লে, চীকথম থা-ও থোন্নয়ে। অতুনোংগীবু

(১১) মালেম মনম শীনা= লৈমায় শীনবা থুংনা (১) নামুংবনা=পোকপা সিবা নাইদবনা (২) পুন্নুং=অরেপপা মওং।

লোইদাম য়াকচীং চীকথম থা-ও তৌনা কোয়ে হায়দবরা।

য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা মালেম লৈরেল হনবীগী, পায়মা সনা লিনকোয়মুংগী: খোইমোম (৩ তানথোঙ লম্মিংচূম্বী (৪) লেম-থোঙ লম্মায় হেনবী ঈমোইনু অহোঙবী খোইমোম অচাও-বীবু। পোইরৈ পুম্না হপ্পা: তম্না মথেল লুক্কোয়-কং, থাম্বী মৈওক্লনা; পুনসি ললনি থানে।

লাইরেল মৈদিংঙু কোল্লোয় সিনবনা, লাংঙৈ শিনতিম্মনা থাবা (৫) উনশীংনগে হায়বগী। (৬) অয়াঙ থাম্বী মৈয়োয়ননা; লোইদাম কুমসা থানে। খোইমোম লাইরেম্মা চৌনফু লম্ব বী লাল্লোয় লম্মিং চূম্বীনা য়াহমখিয়ে। লাইরেল মানজ অয়োনবা, কোল্লোয় ঈতানবা নঙ বু। (৭) মালং য়েংত্রে লৈমম্না, থমগোন ওইত্রে হম্মম্ন, অহিং খোঙ্লেল মওলানচালগুম্ববু লমওক্লসে। য়োইবু তমফা নশানৌবু (৮) চৈরোয়-নগনো, (৯) লুম্নাং থেংকোইনৌকপীগনো। (১০) য়োইবু শালাই মঙাযা, মোংবা চংলম ফানসাং হেনবী, ফানসাং মনিল নাইবীসিংবু, নাপ্পা থুংফু খোনবু নাতারমগনো তন্না চামাংদা লাইজ ঈমাংদা তন্না চেঙচোইদা শংলৌ য়েনমন্দা: হিথেল চেংলৈ থুাদংদা থাবা

(৩) তানথোঙ লম্মিংচূম্বী=মপাননাইদনা সাংবী (৪) লেমথোঙ লম্মায় হেনবী =পাক-চাওনা নৌংখিবী (৫) উনশীংনগে=উনবু ওমগে (৬) অয়াঙ থম্বী মৈয়োয় ননা=মৈ কন্না য়াঙহ্নন (৭) মালং য়েংত্রে·· মওলানচালগুম্ববু লমওক্লসে= লৈনা কোয়না শীংপা নুংশিং মায়রম ইন্না উনসে। (৮) চৈয়োয়নগনো= লোয়নগনে (৯) লুম্নাং থেংকোইনবাগনো=য়ুমগী নুপীবু থঙহনগনো (১০) য়োইবু শালাই .....থুংফু খোনবু নাতারমগনো= য়াইফবা থৈবীক্লা তিন্নবী শালাই মঙামক্তী নিংঙানম্পিং, ফম্লেল ফম্বীসিংগী পাওথিনখোল লৌবীগনো।

উনশীংনা, অয়াঙ পানফৌবা খোংসঙ য়াখোকপদা (১১) লমঙক্লসে ছায়না পাঙমেন থানে।

মালং অয়াঙবা থমগোল অহুম্বা, য়াইবীরেল লৈচিন নোংফাই লমদা। য়োইময়াই তাওদনবা, লোইদাম থাজ পাখঙবা, থাঙরায় নিংথৌ, লাইজ ঈরীক্লাই, লেম্লৈ ঙারা ঙাথোয়াঙ, খোইমোম লাইরুপ তম্বেংমানা, লোইদাম মন্নুং ওইরবগী। তানথোঙ লেমথোঙ চিন, খাবা উনলেল খাঙন থানে।

মৈনা রায়না নোংবান লুরাং, শেল্লোয় লংমাই, হৈরেম খুনজাম ক্ষেগে মোইরাং, নোংয়ায় খুমন, পোইরৈ মৈতৈ পুম্নমানা। হৌন মরমচৎপু রাকাওদনা। খোইয়ুম লাইয়ুম-চঙ, উনবী পুক্লীং লেপ, লনা মরী তিন্না। অয়াঙ খোংসঙ সুরাবী চীনকু রাইনোং-তাওবীবু; তানথোঙ থাজ সিনপন্না (১২) লাংহৈ সিনতম্মনা; তানথোঙ লম্মৈ-থক, লেমথোঙ লমদোন লোম্লবদা। লাইরেল মৈদিংঙুনা; অয়াঙ হুমথুমাথোইমাবু ঙাইরোয়ননা। হৈনা য়াংমু তুংথাংনা, রাইমু খোক্লোয় লাংমৈ পুঙলেন চিন্না। রাংখোনবী অয়াঙ লমহৌ পুঙদগী লমগা হৌনা; অয়াঙ লমদান্নবা থানে।

য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মবু; রাংগোল চেগায় হুন্না থাইন থানে। খোইমোম মরলকু, চীংঙ মথৌজালগী। লাইরেল মৈদিংঙুদা য়োইনা ললকু থানে। লোইদাম মন্নুং ওই কুম্বী ময়াই কারক্লবদা অহল মতম ওইরবা, হম্নু ময়াই কারবী, তাইবঙ হম্নু হনবী পুম্ন-মাদ। খাবা উনলৈকায়, লানম্মু চাঙৌ লীক্লা পনথেংখোনগী;

(১১) লমঙক্লসে—উনসে (১২) লাংহৈ—চহী।

হৈকোয় হুংথম-চন, লুরাই নানব-চোক, ফুংগা লাইরুলেলদা। (১৩) থূরু নমথৈনা, নাওরা তোয়োয়, শুমায় কাংখোয়োয়দি নমদা হুন্না লোইদাম কুমসা থানে।

মপন নোংবান য়োয়েংবী-চা, চীংয়ায় খুনয়েং নাও সাখিববু, খাবা উনলে-চানা। য়েংমু মথূংখোইথা ময়া চীরা পনথেংলবগী; য়োংমু পানগন-শোন তালা পামেন চোংঙমদা, হৈরাঙ য়েংঙমদা তাওজিঙ অমুন থনঙমদরবগী। পামেন উফৈ থক্তা, কোরো থোইনা য়েং, রাংবন পাংনা য়েংনা (১৪) রাওই থানে। হাওনা ইতোন কং, তিংগোই লাইশি তেকপা থানে।

লাইরেল মৈদিংঙুনা য়োইবু মশানৌগা, য়োইহৈ শালাই মাপনমাগা। কমথৌ মঙাইরোয় লাইরেল নিংথৌ মহীশাং; মচেঙ পাচরোয় পোইরৈ থাঙডা নিংঙোনবী অপকমাসিংগা, পোইরৈ পুন্না হুপ্না। লোইদাম কুম্বী রাকাওদা থাজ রানিন্দনা; রাকচীং লৌরেম্বা খোমতা লম্মাহন্দা থান্নে লোতা থানে।

মপন লাংগোয় লৈরাম্বী-চা, শামু লুরাংবা (১৫) মোইশায়া অপানবা, লাংগোয় শায়াঙথক্তা তোংনা; থান্নে লৌকোইবা রাকচীং লোতা থানে। মদাইরেম ফৈরা তান্না কনবা, অয়াঙ লেমথোং পাখঙবগা। য়াংলৌ লমতান-নাই, লাইরেল মৈদিংঙুদি লাংগোয় শাথৌ তোয়না, থোঙলেল মীকোপাম্দা; লাল্লোয় ময়ায় খায়না, কংলৈ পুঙমায়োন্দা রাইথুং থানে।

---

(১৩) থূরু নমথৈননা=থূকউ অনিগী মরক্তা নোনথনা (১৪) রাওই=রায়োবা শাওনিঙবা (১৫) মোইশায়া=পামু য়াইশা।

লোইদাম কুম্বী য়েংওইননা কুমথায় থানে। য়োইমান্নাই তাও-দনবনা, অৱাং লাইনা পাংনা, মুমিং য়েংওই-কা, মশাৰী থাজ পাখওবনা, থাজ ওইওইনৱকপা, লোইদাম ৱাকচীং কুমথায় থা, লোইদাম ৱাকচীং চীকথম থানে হায়দবৱা। থাজ কোল্লোয় মমিংথোং অসিম্মং মাদোমদে।

## থৌৱম মচং

ৱাকচীং থাদা লৈপাক পুম্না হুপ্প, লাইৱেম্বী ইমোইনু অহোঙ অচাওবীবু ঈৱাং থৌনিয়ে। লুৱাং শালাইগী অপোকপা খুৰুমএ। অকন অথৌসিংনা শাফি লানফিশেং, শাপোং চানপোং সেম্না; ম্ৱাংথোনবীদগী লমহৌৱগা লমদান্নয়ে। নিংথৌনা মনাই মসন ময়ামগা লোয়ননা শামু তোংমুনা, থাল্লে লৌতাবা শাবন লময়েংবা চংলে।

# ফাইৱেল-থা

লোইদাম আশীং ফাইৱেল থা-ও কৌবদি কৈদোনোংগীনো? খোইয়ুম লাইয়িংখৌ কোৱৌ নোংসেম্বা মালেম লৈসেম্বনা। তাইবঙ নোংসাপানগী অচং চংতা লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমাবু য়োইয়োকে, মালেম (১) মালহৌনগে, কুমজা (২) তেকহৌনগে হায়বগীবু। চীংউ পায়মা মনিং-সা মালং য়াইবীৱেল সিদবনা; মালেম তমপাক লৈনেম-থক্তা। মালং মথি-নাই খমগোন মম্নাও হৌনা শীংওয়ে। অশীং থা-ও

---

(১) মালহৌনগে=সেম্নদোকে (২) তেকহৌনগে= পানগন হাপকে

কৌয়ে। মালেম তমপাক লৈনেমথক্কী, লাইজ ঈরেলপুঙগী, লাইজ ঈরৌক ঈফোনবু, কৌরৌ থক্ত চিংথংলে, নোংথৌ অতিংঙা অথূপ্পদা; ফাইনা লীনা থম্লে, ফাইরেল থা-ও থোম্নয়ে। অহনোংগীবু লোইদাম আশীং ফাইরেল থা-ও ৩ৌনা কৌয়ে হায়দবরা।

লোইদাম আশীং ফাইরেল থা, কুম্বী শোয়নাইদা, থাজ চিহ্-ন্দনা, (৩) লৈনুং চেনরায় মৈ, (৪) পোইরৈতোম্না খুন্থোক মৈ পোই-নাওতানা খুল্লিং মৈ, শহ্ নাকপাক মরোন হুনা কুমসাবা-মৈ। চীংঙা লাংচীং, চীংলেল থাম্বী মৈথোঙ তরেংমাদা। লোইয়ুম হোঙনেমঙম্বী-চা মৈনম অতোনবা য়োইরেল আতে লোখাম্বনা; অরাং লানশু চীংনামুংদা। নাকপাক শারোন হু মৈরম মকা ফোংনা লোইদাম কুমসা থানে। অয়াঙ কমথক-চা থোঙপু চরালোয়, শম্ পানগনবনা। চানা চূপলেল থাকা-থা, মৈবা য়ায়গা চন্ন, মৈয়ৈ থক্কা-থোন; লাবা খুৎপী ৩ৌবাই চিংনা সম্লৌ মৈনা। চা-না নাকপাক মরোন হুনা; লাংজিও কুমসা থানে। য়োইবু চীনকু লৈমাবী মঙৈখঙ, খাপুঙ লমওনমৈ, লৈপুঙ লমথাং মৈ, লম্লেল লমকোক চাই, অরাং লানসু খোঙথোই মৈনা। থাম্বী মৈরাঙ-হৌ, চকমোম মথি নাইনা; লোইদাম কুমসা থানে।

অরাং কৌবা লৌচীং-কোল কোল্লাং-মৈ হৈনা য়াংসুথাম ঙাংচেং চীংপুনশী, কৌবা লমচীংকোন্দা। হৈনা য়াংসু তুংথাঙনা; হৈতায়ৌ য়ুতুংথৈঙে, লাংচেং থেলকাবদা। মদাইরেম (৫) রায়রা শাশীং-সু, হুয়েন

(৩) লৈনুং চেনরায় মৈ=লৈনুংদগী লোয়নরকপা মৈ (৪) পোইরৈতোম্না খুনকাঙ-মৈ=পোইরৈতোনন্না খুনথোক্কপদা পুরকপা মৈ (৫) রায়রা শাশীংসু=শাকাবা

(৬) লালশীং সুরবা (৭) পাওয়োক থোম্মাথোই ফিরাগ্না মহেনবা। খুদাং য়াইচাও খু, খুবোম য়াইশি লোনবা য়াইনম মশীং সুবা; নূপা (৮) খোঙগ্রায় মতোন লোম্বা। মৈবুন হাইজাও থান, চাকথাঙ য়াকা-তান, তুবী মায়য়োক ফম্না, কংলা খোঙকা চাকপু তানফংলবসিংনা। (৯) রায়রা শাখৌ-সা, (১০) তনবা কোম্লোয় মমিং থা, থেল্লেণ পুঙকোয়-লেপ। চুঙলেল থাকূপ হৌ, থাঙলেল লময়াম্লনা, ছয়েন লংলথৌ সানা খোইম্নুম পাওতাক থানে।

অরাং কোবা লমচীংকোন্দগী (১১) থিংলৌ নীংনা (১২) তেরক্রবদা। মদাইরেম পানবা কৈরেল তেংখাবাসিংনা, য়াংলৌ লমথৌ সায়ে। তাওরোয় পুঙলেলরাক্না চীংখোঙ লাংখৈ শকএ। খাবী থিয়াথৌনা শরীক নারোঙ-বৈ, হেকডাই মপাও চাওনা খোইম্নুম লাইপাও চেল্লে। থিনকম মনিন-নাই, চেপচি কৈনা হাইনা, তুবী মমী-য়োক, লাইরেল মশা কম্নয়ে। অশৈ হৈনাক কনবীনা, মন্নু লাইহোই-তান, খুৎচূপ তিনথিথোক। মৈদিংঙু মদাইরেম হুইক্র তেনচায়রোয়না কোংয়াঙ নামি ওই, উরু ফানতোংওই উকাই ফানকা পায়য়ে। লাইরেল মৈদিংঙুনা, ফমথৌ মঙাইরোয়, নিংথৌ মইলাংগা। লীরী থামোইতিং লাকা তেনমৈ লাক্না, রায়রা সেংগমথোং উকাই ফানগা তম্না লোইদাম কুমসা থানে।

মশীং সুরব (৬) লালশীং সুয়বা=লাল ওম্বা মশীং সুরব (৭) পাওয়োক থোম্মাথোই=অতোপ্পা খঙহন্নবা খুদম (৮) খোঙগ্রায় মতোন লোম্বা=মী-তিনবদা খোঙগ্রায় চম্না কম্বা য়াবা ফম (৯) রায়রা শাখৌসা=শা কাবা মীনা সাবা থেনকৌ (১০) তনবা কোম্লোয় মমিং থা=মশাগী মমিং মথা হায়না (১১) থিংলৌ=অমুক হন্না (১২) তেয়ক্রবদা=হন্নক্রবদা

ফাইরেল মৈদিংঙুগা (১৩) অঙোবা তুরেল রাংমা নিংথোগা। ফমথৌ মডাইরোয়গা, পোইরৈ খুনথোঙ মরিমাগা পুম্না ছুপ্না। ফাংহৈ কুমজা কু।কাওদা লোইদাম থাজ রানিন্দনা। ১৪) কাইরৈ অকণ কাও মুংয়েং চেঙকৈথোং কাওনকনবা, চক্কলৈকাও নোংদম য়েন তেৎনৌ য়েনথাঙ পানবা. কাইরৈ খোঙগাও কনবনা, মচেঙ য়েনসি থোক্লা লোইদাম কুমসা থানে। লাইবেল মৈদি ঙুনা কংলৈ মাদাইমা কুচু থোল্লাংমৈদা। লৌরী থামোই তিং লাকা তেনমৈ লাক্লা, শারুম হাইকাপ-খা, লোইদাম অশীৎ ফাইরেল থানে হায়দবরা।

ঈপা রারী অচেৎপা, ঈপু রারী অরুবা, পুথাঙ পাথাঙ লেং- শিন্নবা; শিন্নৌ লংজা নাইবগুম সমথরকপা। পোইরৈ রারী লমদাং- সাং, লেইদাম থাজ চবুক্রুংদা তৌনরকপা থৌরমম্বু থাজ তরানিথোই মাগী কোল্লোয় মমিংথোন অরুববু, খজিক্লা তেংখাজবনে। হেলী- ক্লাই-ও নোংথোরেল পুমাব-ও।

## থৌরম মচং

ফাইরেল খাদা অঙম অথৌসিংনা, থেনকৌরোন সাহনা লৈপাক নিংথোগী পুনসি মুংসাং থৌনিয়ে। মাইবা মাইবীনা শারীক খাংহনা লাইপাও চেল্লে। নিংথৌনা উকাই কাপতুনা কালা নোংথৌ তাইয়ে। অকন অথোগী কুমহৈ হয়াও তৌহনা কুম চল্লে।

(১৩) অঙোবা তুরেলরাংমা নিংথো= অঙোম নিংথো (১৪) কাইরৈ অকন-কাও =কাওনবা কনবা য়েন

# মুমিং চয়োন তরেৎ

কোরৌ মুমিং চয়োন তরেংমাগী. কোল্লোয় মমিংথোং অরুবা; মুমিং চয়োন তরেংমানা পোক্লক শাংলকপা, তৌহৈবা তৌহৈদবা, নামুংনবা থোরমবু। খঙদবা মমি-তম উদবা মপা লাক্লা, খিজিত্তা তেংথাজরকে তাথীবীগনো।

# যুমশাকৈশা

কোরৌ মুমিং যুমশকৈসবু, অসি-গু কৌবদি কৈদৌনোং-গীনো? চীংউ সিদবা খোইযুম নামুংবনা। তেংবানবা মনুং গুইনবা মালেম লৈসেম্ন-গু হায়না মপারিবু শীথরকএ, অসি-গু কৌবে। চীংউ খোইযুম অশীবনা, তরঙ মালং অতিংঙাদা (১) শেকমোম কাইবীরাগুম্না; পরিং লাংশঙ হুন্না মালেম লৈসেমএ। তাইবঙ পানবগী লেঙলি পাল্লিবা, অচং চংতা পুম্নমাগী মরান যুমগুইনবা মালেম লৈসেম্বা নোংনি হায়বগী; কে'রৌ অসি মুমিংপু যুমশাকৈশা-গু তৌনা কৌয়ে।

কোরৌ যুমশাকৈশা মুমিংতা মালেম লৈপাক পীথোকহৈদে। য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা মালেম লৈরেলহনবী. লৈমরেল সিদবীবু। চেঙংঙৌ ফাহাপ্না, হৈরাঙ পুঙমা-সেম, শীংলেল হৈহুন তম্না, তাইবঙ থোরায় য়োইয়োক্লবা, খোইযুম ললসানবা মুমিং মাতানবনে।

---

(১) শেকমোম কাইবীরাগুম্না—মিরাং তিংবগুম্না

# শগোলসেল

কোরৌ মুমিং শগোলসেলবু, হয়েং-ও কৌবদি কৈদৌনোং-গীনো ? খোইয়ুম অশীবনা মালেম লৈসেম্লকপদা। মালেম লৈপাক অসিবু, কদাইরমদা চিংই নাইবনো, হাওরৈ কদোমদা পাংশোয় নীকপনো হায়না; মালেম চিংথেক মরিমা, মায়কৈ নিপানমা, শুংতাই তরাতরুকমাদা, চোম্লা হাইনা য়েংওনএ। অহুনোংগীবু হায়েং-ও কৌয়ে। খোইয়ুম অশীবনা, লাংগোই শগোল তোংনা, মালেম লৈকোয়পুংবু ওাকপী শেনবীরে হায়বগী; কোরৌ হায়েং মুমিংপু, শগোলশেলও তৌনা কৌয়ে।

হায়েং মুমিং শগোলশেনদা, কোরৌ নোংলীক্লাই লীক্লাং পুম্নমাবু পোকএ। অহুনোংগীবু কোরৌ মুমিং অসিদা (১) থাবা লীক্লাং পীখোকইদে। চীংউ নোংদম্লিবা লাইয়িংথৌ, খোইয়ুম পুক্লীং রাচুম শুবা লাইবু; কোরৌ (২) ললসানবা রাংবন পাওফানবা মুমিং মতানবনে হায়দবরা। মুমিং কোল্লোয় মমিংথোং অসিসুং মাদোম-দে।

# ঈরাই

কোরৌ ঈরাই মুমিং অরুববু হংসিং-ও কৌবদি কৈদৌনোং-গীনো ? চীংউ মালেম লৈসেম্বনা, চেক্লা কোয়না য়েংবদা মালেম লৈখোও নীক্তরবগী; তাইবও নোংসাপানবু য়োইয়োরুগে হায়বসী।

---

(১) থাবা লীক্লাং=শনা লূপানচিংবা (2) ললসানবা=মুংওাই য়াইফ খোনিবা

মালেম (১) উনবী লৈখোয়গুংদগী, হী য়াই খৈবীকপু; মেংথোক সীংথোক্লে হায়বগী হংসীং-ও কৌয়ে। কোরৌ ঙুমিং হংসীংতা; চীংউ মপুরেল সিদবনা; খোইয়ুম ইশিংচাইবা কৌনা লাংওল্লে; লাইজ ঈরেল পুডবু কোইখিয়ে। ঈগী লাইনে হায়বগী; কোরৌ হংসীং ঙুমিংপু, ঈরাই-ও তৌনা কৌয়ে।

কোরৌ হংসীং ঈরাইদা শেন কোরীনচিংবা পুন্নমাবু পো'কল্ল। অহুনোংগীবু কোল-লীক পীথোকহৈদে। কোরৌ হংসীং ঈরাইদা; খোইয়ুম লাই নামুং নামুংবা, চীংউ লাইজ ঈখৈলেল থোংনাং লীসিং-চাইবা লাইবু য়াহৌনবা ঙুমিং (২) মতানবনে হায়দবরা।

## থাংসা

কোরৌ ঙুমিং থাংসাবু, মসেম-ও কৌবদি কৈদৌনোংগীনো। খোইয়ুম মালেম লৈসেম্বনা; মালেম চিংথেক মরিমা, মায়কৈ নিপানঃ মাদা মিংয়েং শানখৈখিববু; মালেম লৈসেম ফতববু লৈঙল্লবগী; অনরক হন্না লৈসেমএ হায়বগীবু মসেম-ও কৌয়ে। কোরৌ ঙুমিং মসেমদা, মালেম তাইবঙ পানবগী থৌরায় নিংশা লাম্লিবা খৈবীকপু সেমসারে থাংদোক্লে হায়বগীবু; কোরৌ মসেম ঙুমিংপু থাংসা-ও তৌনা কৌয়ে হায়দবরা।

কোরৌ মসেম থাংসা ঙুমিংতা, তাইবঙনা নোংসাপাগী লেংলি পাল্লিবা থৌরায় পানবা খৈবীকপু সাসেমএ। অহুনোংগীবু

(১) শমুতোন=মারাজিঙগী শগোল (২) লৈথিনকায়বা=লৈপাক থুগাইবা

নমু পোংনচিংনা থৌরায় পানবা খৈবীকপু পীথোকহৈদে। য়োইবু খোইমে'ম লাইরেম্মা, কজেং নোংথাঙ লৈমা, থাঙলেল হাইবূপ চেনবীবু; কোয়ৌ ললনানবা ব্রাংবন পাওফানবা মুনিং মতানবনে। হে লীক্লাই-ও!

# লংমাইচীং

কোরৌ মুমিং লংমাইচীংবু, মরৌ-ও কৌবদি কৈদৌনোংগী-নো? খোইয়ুম পায়মা উনকোয়মুংদগী ফুদোক্লকপা, খোলজেংগ য়াইবীরেল সিদবনা। থৌরায় পাল্লিবা খৈবীক্কী শমু মহকচাংদা চঙখিরে। থৌরায় পানবা হিংবা ওইরে। খোনজেংগ য়াইবীরেল সিদবনা শমু লীবে ননা ফানা হিংহল্লে হায়বগীবু কোরৌ মুমিং লংমাইচিংবু মরৌ-ও কোয়ে। য়োইমাম্বই লাইরেল তাওদনববু। নোংগী মমায় ফাওনা চিংথোকক্লে, মুমিং ওইনা ভাম্না লংনা লৈরে হায়বগীবু, লংমাইচীং-ও থোন্নয়ে। অসিনোংগীবু, কৌরৌ মুমিং মরৌবু; লংমাই-চীং-ও তৌনাকৌয়ে হায়দবরা।

কৌরৌ মুমিং মরৌ লংমাইচীংদা। লোইমোম ফৌওইবীনা। থাঙথি ফৌমায়োন্না চিংনা, মরু শীংথারিবা খৈবীকপু পোকএ। অদু-নোংগীবু কৌরৌ মুমিং মরৌ লংমাইচীংদা। লোইমোম ফৌপীথোক-হৈদে। খোইয়ুম লাইথিংথৌ চীংউ তায়বঙ থায়বা। চীংউ খোমশী-রেল সনথোঙ পুঙমায় লেপ্পা মপুগী। কৌয়ৌ মুমিং সিদবা, খোইয়ুম লাইগী মুমিং মত'নবনে হায়দবরা।

# নিংথৌকাবা

কৌরৌ মুমিং নিংথৌকাববু, মকাপ-ও কৌবদি কৈদৌনোংগী-নো ? খোইঙ্গুম অসীবনা, কৌরৌ নোংখোঙ নীক্তা মালেম লৈখোঙ চেংনবা; মালেম মপুঙ লাক্লা, লোলাং ছুইরেল-গী কাপত্তু ছুইরেল থাবা নোংনে হায়বগী; মকাপ-ও কৌয়ে। মালেম মপুঙ লাক্লবদা। কৌরৌ নোথৌ শারারেল থংবা নোংনিংথৌ অরাং পাখঙ য়োইরে-লবানা; নোংথৌ কম্বাল কাবা নোংনে হায়বগীবু, নিংথৌকাবা-ও থোল্লয়ে। অহুনোংগীবু কৌরৌ মকাপ নিংথৌকাব-ও তৌনা কৌয়ে।

কৌরৌ মুমিং নিংথৌকাবদা; খোইমোম মৈরা পোনচেনবী, শীংথাচাম্বু ফাবী লোকয়ায়সিল্লা শীনৌ লসিং পোকএ। অহুনোংগীবু কৌরৌ নিংথৌকাবদা চরৈ ফি পীহৈদে। চীংউ নোংথৌ শারারেল খাকপা পুরৈরোম্বা পুরাংনাকাবা, থংবা নোংনিংথৌ কোনখৈ অতাম্বা শোঙলেল অথাম্বা খোইঙ্গুম নামুংবগী; কৌরৌ মুমিং মাতানবনে হায়দবরা।

# লৈপাকপোকপা

কোরৌ মুমিং লৈপাকপোকপবু, মশীং-ও কৌবদি কৈদৌনোং-গীনো ? খোইঙ্গুম অসীবনা মালেম লৈশেম্ববু; (১) শমুতোন অয়াঙবনা, মালং মথি-নাই খমগোল মরাঙ হৌনা ছুমথায়রবগী।

(১) শমুতোন — মারজিঙগী শগোল

অমরক মালেম লৈহৌবদা ; শমুতোন অয়াঙবনা, (২) লৈথিনকায়বা ঙমদনবগীবু ; খোইয়ুম পায়মা উনগোয়মুংদা নীংখনথিয়ে। মালেম লৈশেম্বদা, পানগন চৈশৌ ওইনগে হায়বগী ; মায়কৈ ঙাকপা লাই-য়াম সীথোক্লে। চিথেক লাইচি থংবরমদা, খোইয়ুম চকমরিংবানা (৩) তেংনৌ হুইরেন ওইনা, মালেম লৈপাক ঙাকএ। মৈরম পাংবদা, তাংমারিংবনা শেকচুম পনতাই ওইনা ঙাকএ। চীংখৈ পাং-বরমদা, নোংসাত্ত ওনা পরিং উয়ুং ওইনা ঙাকএ। (৪) নোংশীংলম থংবরমদা, মুংমারিংবনা শেকচুম ফোল্লাং ওইনা ঙাকএ। অঙ্গাং পাংবরনদা, খোইয়ুম কানালোম্বনা কাপতু হুইরেল ওইনা ঙাকএ। খা পাংবরমদা, তুবু তুমাবনা চুপলেল হুইরেল ওইনা ঙাকএ। নোংপোক পাংবরমদা, কানভৌবনা ফোল্লাং লুংরায় থাগুম্মা ঙাকএ। নোংচুপ থংবরমদা, পীসাতাওনা ফোল্লাং হুইরেল থনা ঙাকএ। খোইয়ুম মায়কৈ ঙাকপা লাই নিপানমানা, শম্না চুম্মি নমগুম, মালেম লৈখোঙ চেংনা ঙাক্লবদা। চীংউ হাম্নাবনা, মালেম লৈপাক চাই-ঙম্নবা ; মালং মথি-নাই খমগোল মরাঙ হৌনা শীংঙমএ। মশীং-ও থোম্নয়ে। মালং মথি নাইনা শীংঙম্ববু ; মালেম লৈথিনকায়বা ঙমদরবগী ; মালেম মপুঙ লক্লা, লৈপাক পুমুং মরেপ তম্লে। অদু-নোংগীবু কোরৌ মুনিং মশীং লৈপাকপোকপ-ও তৌনা কোয়ে।

কোরৌ মশীং লৈপাকপোকপদা, তেংনৌ য়োং পোকএ। অদুনোংগীবু য়োংকী শাকৈ খৈবীক পীথোকহৈদে। খোইয়ুম

(২) লৈথিনকায়বা=লৈপাক থুগায়বা (৩) তেংনৌ=য়োং (৪) নোং-শীংলম=ে.াক্রুংাইচি।

লাইয়িং-থৌ চীংউ পোংলেলহনবা অচিববু, কোরৌ ললমানবা য়াংবন পাওফানবা মুমিং মতাননে। কোরৌ মুমিং চয়োন তরেৎমাগী অফ ফংতা মনবু থওননবা খিজিক্তা তেংথ জবনে। হে লীক্লাই-ও। লোইবাম থাজ তরানিথোইমা, মুমিং চয়োন তরেৎমাগী : অফ ফংতা-মন্দি অসিনে।

## মৈতৈ লোয়নশিনলোন।

পোইরৈ হোন, মরমচং, মৈতৈ লোয়নশিনলোনবু; ঈপা লমচং অচেংপা, ঈপু শিনলোন অরুববু; মরী লীতাংশীংনা। থওদবু মমি-তম, উদববু মপা লাক্লা খিজিক্তা তেংথাজরক্কে; তাথী সোম্লাইবীগনো। তাইবঙ নমু পোংওইবসিংদি; অপোক অসি নাই-ও নোংদম্বা পুঙনে। নমু তাইবঙ ওইবনা অপোক (১) লীহুই-বদগী; খমুং ইনতান খবা ফাওদা, তৌগদবা থোরমদি—পল্লেমগীদি মরাশীং, পনথোগীদি থোডগুন লীনা; খিজিক্তা শৈথিজরক্কে।

## অপোক লীহুইবা

লোইদাম থাজ পাখঙবা থোইয়ুম য়াই মরু সিদবগী; চীংউ থৌজাল মরলকুনা; পনথৌ লাইজ ঈহুনবা, পল্লেম হকচাং তুরৌ-লিংগী পায়না উনকোয়মুংগী; লাংবন তৌহী তৌশং-ঈ, লাইজ

(১) লীহুইবদা—হৌরকপদগী/পোকপদগী।

ঈরীক্লাইনা। মাদং য়েংব্রে-দৈ ঈমু মচেঙ খোয়া খোয়জি মিছল্লবদা, তৌনরকপা মখোদি ; পোইরৈ হৌনা মরমচং মৈতৈ মখৌ-মঙমদি—

লোইদাম থাবুম তরেৎ সুরবগা ; চকপা খৌবানতোংনা ফু সা রানসায়ে। পোইরৈ মপাচা নাঙদাসিংনা তৌরাং ফক-সাইয়ে। অমাই মনাওয়োক্লা, মৈবা মৈচিংএ। মরোয় হাওকু কানম ভিংকোই ভিংশাং কানম হাওতক্লোয় খুলগঙ তরেৎমানাচিংনা। মাঙ্গং খোমওন-লূক ভাঙজ চাঙৌ-লূক ; লাইসনা খোইভিং থৈঙাকাদা, য়াংকোক থপচোইনবদ ; পোৎলোই মশীং সুনা তাওথমএ।

লোইদাম থাবুম তরা সুরবগা, পল্লেম পীবুক্লুংদগী নাওনৌ-রবদা। মোংবা য়ুল্লেলমাঙদা, অশৈ ফয়েল-তিন, কাসা থরাও-চি, খোঙলেল লমপাওরাক্লা কাসা পাওতাকএ। অমাই মনাওয়োক্লা, ঈরেং থাংহিরাবু তুরেল মিংথাং কৌই, নাওরা খোয়রেল থাঙনা নাওরা খোম্বরী লেল্লে। কৌবা লোক্লৈথাম লৈখান তোল্লোঙবনা থাম্বী মৈইক্লয়ে, রাংলৈ অথুম্ববু তাঙজ লৈতোন তংনা, লাইবক খেল্লাই ইনা, তোকা লৈগা মেম্না, হাওমন (২) শীংখায় হুম্না থাম্বী মৈনীং কুমএ।

কোরৌ হুমিং মাঙানি থাম্বী মৈনীং কূম্লবগা। হুমিং শীংবুম তরুক্লি সুবদা। কাসা নোংখৌ শারারেলদা কোরী থরাও চিয়ে। ফৌদাং ঙাতাই পরেং চুম্না হাপএ। য়াংকোক থপচোইননা পোৎ-লোয় মশীং সুনা তাওথমএ। মালেম তম্পাক লৈরেল হনবী লৈম-রেন সিদবীগী ঈ মচেঙ খোমএ হায়দগী। ঈ মপান থাখিববু ঈ মশক

(২) শীংখায় হুম্না=শাং বৈ রাংহ্না।

খঙনা থৌনিয়ে। লৈমুং লীসাবনা লীসারবগা চীনখমএ। খুনমুং পুকক-চাক ককচাক অরিবদি তাইখোম চোংঙাক্লম মানবা চেনশিন ফি, পানবা শাতা কৈরোন ফিবু ; হাওমন শীংখায় হুম্না থৌখমএ।

## ঘুমশেং নাহাইবা

মপান্নী মমোম নাওনৌরবদা, কোরৌ হুমিৎ মঙানি খাম্বী মৈনীং কুম্নবগা ; তরুক্কি স্নবদা. তৌরাং ফক্লোং কোম্না কমশিল্লে। চীংউ কাসা তাইনা কম-শিল্লবগা। হুমিৎ শীংবুম তরানি স্নরবগা হৈরাঙ পুঙমা-সেম লৈরাং লৈহুন তম্না কাসা পাওভাকএ। কোরৌ হুমিং তরানি খাম্বী মৈনীং কুম্নবী মমাস্নং অঙাঙ নাওম্নাস্নং (৩) মবীঙাবু ; শমু মহক শেংনা ইরু শানতেংএ। কোনতে নাকথংমাইনা তাইরেন্স মরোঙববু শামু খূৎতা শুনা, হকশেং নাহাইরোনবু চীন্দা হাপ্পনা ; লাইক্স খীকফেন চাইনা হকশেং নাহ ইয়ে।

## অঙাঙ চন্নৃম্বা

লোইদাম থাবুম অহুম স্নরবগা ; নাওরা অঙাঙবু ঈরু শান-তেংবীরবগা। খাঙশেৎ নমখাঙ অহনববু পোৎলোই মশীং স্নুনা শেৎশীয়ে। থোইম্নুম লাইমিং লাইছুই সোম্না, অথেন পোৎলম কৎনা, সনথোঙ পুঙমায় লেপ্পা লাইয়িংথৌদা। নাওরা অঙাঙগী পুন্সি চেঙজেন নিনা থৌনিরবগা ; ফ অহনবদা ফহৌয়ে। লেম্লে

(৩) মবীংঙাবু=মথোয় অনীবু।

ঙ'রম তরেং * য়ারৌ শারম তরেং, য়েল্লাঙ য়েল্লম তরেংনা, য়েল্লাঙ ফংনা ফংহৌয়ে।

তরা ফংহৌবা লোইরবগা, অপোবপদা তরা লুকমায় লেম্না নাওরা আঙাঙগী পুনসি চেঙজেন নিয়ে। ফংগা লাইরুদা, হৈরাঙ পুঙমসেম লৈরাং লৈছন তম্না, ঈমোইমু অহোঙ অচাওবীদা থৌনিয়ে। থৌনি খাচং লোইরবগা মাংগোল খেনজংলাংদা ফম্না, পল্লেম মমানা নাওরা অঙাঙবু কৈরা তান্দা পমএ। পনথৌ মপানা, শমু খুংচা মঙানা, তরা মখেল চহুম পায়রে। কোনতে নাকথংমাইনা; খোইয়ুম লাইহুই হায়, থৌরায় মিরেল কৌয়। য়াইবী থৌরায় মঙমাগী মিংথৈ মিংলেল হায়না থৌরায় মশক থঙনা; পনথৌ মপানা চথোম লুরোয় মঙা ইনবীয়ে।

তরা চায়িন লোইরবগা; মালেম (১) কৈসনা অঙ ঙবা, কৌরৌ (২) নোংলুপান অঙৌবা, লোইমোম ফৌ মহৈ শিনশুগী খুংগু খুংলাইনচিংবা; শমু মাঙদা খেলনা থমএ। নাওরা অঙাঙ থাদোক্তুনা পায়হনএ। করম্বনা হান্না পায়বা য়েংলগা; নাওরা অঙাঙগী লাকদবা পুনসিগী লমদাংবু খঙঙনায়ে। তাইবঙ য়েলহৌ য়েন্দেম চাক, তরা চায়িন তম্বদি, পোইরৈ হৌনা মরম-চংতি আসনে।

---

* শা চাবগীনা শারম তরেং ঙা চাবা শা চাদবগীনা ঙারম তরেং, শা ঙা অনিমক চাদবা কংলুপকিনা, মনা মশীং মরম তরেংনা উমগনি।

---

(১) কৈসন=সনা (২)নোংলুপান=লুপা

## নাহুং নারেং তম্বা

লাংহৈ কুমশীং অলম সুরবগা তানতে থুংলৈবনা, কৌবা লোকচাংকোনগী তুবু নাহুংরাবু কো য়াঙ মপান যান্না; অমাই মনা-ওয়োক্লা. য়েনবা য়েনলুপ চম্পসা মোইথেম নাইয়ে। অরাঙ পোংতম পোংলোই মশীং সুনা লাংলোথরবগা। শিন্নাই (১) নাইনিলোঙবা লংবু; শাংতুম পুঙনা লেংনা, (২) থাঙজিঙ হৈথোয়বা শীংতুম্বু, শমু খুংতা শুনা নাহুং নারেং তম্বীয়ে।

## পুনসি ফম্লেম তানবা

নমু পোংবা-চা সিংনা, চঙবা মপুঙ-লাক, শাংবা মরেপ তাল্লক্লবদা। তনবা নূপা ওইবনা, লাংহৈ কুমশীং তরাহুমদোই মপুঙ লেপ্লবাগা। তাঙজিঙগুম মসিং পান হৈরাঙগুম নয়াই চেল্লবনে। পনথৌ পাথাঙ সিনডম্বা, তনবা ময়াই ফাওরবনে। অতুনোংগীবু পাখঙ-ও কৌয়ে। মোম্নু তুজা ওইবীগীনা, লাংহৈ কুমশীং তরামা-খোই মপুঙ লাক্লবগা। শীংলেল-গুম লৈরাক-কা, লৈরাঙগুম লৈহৌ-পু. পল্লেম পীথাঙ সিনডম্বা, অচৌক অথম-নাই থাসি থানিন থায়না; শমু মালহৌ খোঙকাপ রায়বনে। অতুনোংগীবু লৈশাবী-ও কৌয়ে।

অসিন্নুংগীদমপু, নূপা নূপী খুদিংমা; মাগী মাগী চাহৈ মতাং অসিদা, পনথৌ পারেপ তান্নবা, পল্লেম পীরেপ যংনবা। কম্নাক কূরু-সুং মিংমৈ পোরোন সুক্লবা ওইন নাত্তা যম্না পুনসি কমদাং হিনডৈনে।

(১) নাইনিলোঙবা = অনি তিনবা (২) থাঙজিঙ = অনি তিন্না তাসিনবা-লং

চাওবা মপুঙ-লেপ, সাংবা মরেপ কায়বগা। মরান লুহোঙ খোঙদোং তম্মৈয়ে। পারেপ পুরেপ তান, চারী শুরী তম্নৈঙেনে হায়দবরা।

## মথৌ য়াংকেলবা

তাইবঙ নোংসাপানগী চীংউ নোংদমখোনবু মায়মৈ (১) রাকনফদনা; পুনসি চেঙজেল লোম, চাকচা মহৈ অয়াম্বা। হুংঙাই মরাঙ কায়ববু (২) নমদা হুন্না; শজীকুম নীংনাতেনা খাবাগুম কাওনরোগে হায়না। শম্ হকচাংলেলদা; লাংকম য়ুমথং-চা লাংপুম মাপনমানা, শমু হকচাং লৌয়েৎনরবগা। হুয়ো পাল্লম পীসোল্লা, লাইরেল পনথৌ পাসোল্লা; হকচাং অচীক অথম চন্না, অনা নাহে নোংগীবু। মোংবা য়ুম্লেলম্নংদা, তমাই মনাওয়োক (৩) অমেৎ খুৎতম হৈবনা। লাইরি পান্দম খঙ, মিহুন খোঙহৌলাক. হকচাং তোংয়ায় খোম, খোইমোম লাইরা সোন, হীদাক সিদববু মচন মতাক খঙ অনা হীদাক থানা, নমু লাইকন্নববু। খোইয়ুম মথৌজালবু লমজায়ফদনা; অনা লাইকোকপা ঙমদরবগী, অরাং কৌরো নোংগাখিরবদা। তাইবঙ অমন শীংগুমখিরবদা; পোইরৈ হৌনা মরমচং তৌগদবা মথৌদি—

মোংবা শঙগাই ময়ুম্লেলগী অরাং চংলম নাকথদা খোঙশানবনে। খম্নাঙ অথোক চৈশু পায়বনে। শুপমাঙ মথৌবোমগী, কারন মৈরম থংবদা, মপান লাইগা য়াথোক শঙদা। চংবী লাতোন থারবগা; লাতোন খক্তা মমায় নোংনেম পাংনা অমন য়াঙানায়ে অহুনোংগীবু, তাইবঙ নমু পোংওইবনা অমন শীংকুম নোংদা খৌরায় য়াইবী শুপ্পা মাঙখিয়ে হায়বগী মফম্বু শুপমাঙ কৌয়ে। খেলনা লোংনা তারে,

---

(১) রাকনফদনা=নানথোকফদনা (২) নমদা হুন্না=তুংওইননা (৩) অমেৎ খুৎতম হৈবনা=পুকশুবা য়াইবনা

হায়ংগী থেল্লোং কৌয়ে। মপান লাইগা য়াথোকশঙদা; রাংলেল পুঙগোয় খরা পোংথারবগা। উংতি শমথোঙ-শেং, চেঙহী শম্বান লাংনা ঈরু শানতেংলবগা। (৪) পামেন কূবেল থক্লা, চরৈ অহুম খাগা-থ, চরৈ ফিডৌ থোগ্গা, (৫) মাল্লৌ লমথাং থক্লা-থোং তরা চেঙজেন তম পোংলোয় মশীং স্থনা হাপএ।

কোনতে নাকথংমাইনা পারী পুরী-থোক, শালাই লাইছই হায়, লাইরি লাইচং থিনা, মংলেল থাথোঙ হানা খমুং পাওতাকএ; কাসা পাওহল্লে, অমন সিথিল্লে। তরেং শেলফাং কাগুপ-য়ৈ, রাংলেল পুডফ-তোয়, (৬) লময়িন থুংনিক তাংথক নাই অশৈ থোনফাং লেংনা তিগ্না, য়াংলৌ লমদাংসাং, রাকৈয় হিরান লীরোন শক্লা য়াথোকএ।

মংলেল মংফম য়োরবগা। মালেম লৈয়োন চল্লা সিথিনবা নমু পোংলুপকিনা। অচা অথক তরা চেঙজেন, তরেং শেলজা, ফিরোয় ফিডাম, খুংশু খুংলাই পোংলোয় মশীং স্থনা হাপলবগা। মমায় নোংনেম পাংনা য়াতায়ে। লৈপাক লৈকূপশী, মালেম লৈরোন চল্লে, হৌসি মংচলএ।

খাম্বী মৈদা ইরু, অমন সিথিনবা; নমু পোংবা-চাসিংগীনা। মংলেল মংফম য়োরবগা। পামেন শীংপৈ থক্লা, মমায় (৫) নোংনেম পাংনা য়াতানবনে। মালেম লৈগা থানা, শীংখল তরেংনা, মালেম লৈরোন তরেং শক্লা শীংপৈ থোলএ। চূকথোঙ তরুকমাদিং

(৪) পামেন কূবেল = উপাকী কূ (৫) মাল্লৌ = অংনবা ফি (৬) লময়িন = পেনা

(৫) নোংনেম = খা

শিমম্লিংৰা, পীশাতাও, নোংমাতাও, লম্মাবা, তুমাবা তক্লকমানে। তনবা নূপা ওইবগীনা, চূকথোঙ তককমাবু ; য়েংওইননা মভায়ক কোয়য়ে। মোম্ম্, মুজা ওইবীগীনা, ওইওইননা তক্লক্লক কোয়্য'য়। পোংলোই পোংসেম লোইরবগা ; খাম্বী মৈদা ঈক্লা অমন সিখিল্লে, মথৌ মঙম থৌখম্লায়ে।

মুমিং শীংবুম হুম্নি শুরবদা ; য়াইথোঙ নানম শক, য়াংলেল পুঙক্ তোয়্ম, শুপমাঙ খাবমলেন্দা ; ঈশাঈফু তৈনা-খিলনা ; তরা চয়োম-থোক মথেল লূকমায় সেয়্নবগা। তাইরেল ময়োঙমানা, নাহৈ লীয়োন শক্লা, ঈমু খীকফেন চাইনা, সিথিন থেল্লাংনয়ে।

কোয়ৌ মুমিং মঙানি স্নুরবগা ; মমাইবা কোনতে নাকথং-মাইনা। চেংলৌ (৬) শকপানথোং পুন্নুং (৭) লেপ্পানথোংবু, খোইরু মিতম লাক্লা ; মৈনা য়ায়না তাংনা সম্মা ; খানীং মিকোল্লে, মথৌ য়াংকেল্লে। নম্ পোং ওইবাসংাদ, মশক অমা ওনখিবতনে হায়-দবয়া।

মুমিং শীংবুম তরেংনি স্নুরবগা ; পায়ৌ পুরী-থোক, য়েক্লোন লাইহুই থিনা ; অয়াং খাংপং নোংনিংথৌদা থিনচিনখিয়ে হায়দবয়া।

মুমিং শীংবুম তয়ানি স্নুরবগা ; শাগৈ য়েনলূপ পুম্মা য়ুমশেং নাহাইনয়ে। পল্লেম পীবুক্লুংদা লৈঙেদি ; হৌসি ঙমগচিংনা সিথিম-ফদবনে। মথৌ য়াংগেল থৌথৈনদবনে। অহনোংগীবু, পল্লেম পীবুক্লুংগী লোইদাম থাবুম তয়াবু ; মুমিং শীংবুম তরানিদা শুপ্পা লাক্লবগা। মুমিং শীংবুম তয়ামাখোইনিদি মালংপান্দা লৈরবনে।

(৬) শকপ নথোং=শঙ্কম মাম্না (৭) লেপ্পানথোংম=য়েপ তম্না।

অহুনোংগীবু কোরৌ হুমিং শীংবুম তরামাথোইনি সুরবগা। শুপমাঙ থাবমলেলদা; হৈরাঙ পুঙমা-সেম, লৈরাং লৈছুন ভম, অথেল পোৎলোয় মশীং সুনা থেল্লবগা। মমাইবা (৮) কোনতে নাকথং-মাইনা; পাম্রী পুরী-থোক, শাগৈ য়েকলুপ-থি, শালাই লাইহুই তাক্লা; খমুং পাওতাকএ, কাসা পাওহল্লে, অমন সিথিল্লে। (৯) অমাই মনাওয়োক্লা, মংলেল মংথোঙ থিংনা, মথৌ (১০) য়াংগেল্লে। অশৈ ফম্লেলগী (১১) চৌংউ লমপাওরাক্লা তরেৎ শেলফাং কাগুপ খীং, কোরৌ নোংগা লীরোন শৈবু; অশৈ তেরা লাওনা খানীং মিকোন শরুয়ে। মওং মতৌ অসুম্না; পাইরৈ হোৌনা মরমচৎ, মথৌ য়াংগেল থৌবু থৌখয়ে।

(৮) কোনতে নাকথংমাইনা = লাইশোন ভীনশোন তৌহুনা লমজিংবা মাইবনা (৯) অমাই মনাওয়োক্লা= অনাবা লাইয়েংবা মাইবনা (১০) য়াংগেল্লে =অসিবগী ঈরাৎ থৌরম তৌয়ে (১১) চৌংউ লমপাওরাক্লা=লাইগী মতীক ময়াই হায়ব; শকপনা;

# নিংথৌগী থৌরম

পোইরৈ লৈপাক মপুনা, লৈপাক কোইবা নিংথৌনা; অমন শীংকুমথিরবদা তৌগদবা মথৌদি—

লাইরেল মহীরোয় তনবা (১) মীকনখায় পুম্নমনা। চরৈ নাহোং-সা, মালৌ থূপকিননা, পায়খূ লেংয়াম্ননা; শমু নমদা-পো, (২) খম্মাঙ অথোক চৈস্তু ফান, খম্নীং অথোক চৈস্তু পাল্লোয়ননা।

(১) মীদনখায়=অকন অথৌ (২) খম্নাং অথোক চৈস্তু=অসিবগী চৈস্তু।

মোংবা য়ুমজ্জাওরেল, থাওডা কারেলয়ায়দা য়াইথুংলবগা। উংতি শমথেংও-শেং. চেঙহী শম্বাল লাংনা লাইজ ঈসেংলবগা। শমজি ওইরম-লৈ. শমলাং পৈরে লাক, (৩) পজেং শময়া থোম. চরৈ ফিডৌ থোন; লীক্লাং কোনগা য়েংলে। চরৈ অহম খাগা-খা, মালনৌ অমা থক্তা-থোং। মচন সিরা কোংতিংলুগী; কামন মুকমু হাইমৈ-চোনবু, মানবী লীগ-থু। মোংবা য়ুময়াঙ-কাং; অল্লাং কোরৌ নোংলীক্লাই লীক্লাং ঙাঙগোয় পরেংনা; খৌরী তোনগা থাং। অমাই মনাওয়োক্লা থুংগু সনবু লোনলবদা। মংলেল মংথোঙ হাংনা কাসা পাওতাকএ। তাওরোয় পূঙলেলগী অশৈ পননাবনা; য়াইথেংঙ নানম-শক, রাংলেল পুঙফু তোয়য়ে।

ওপমায় থাবমলেলদা ঈশাঈফু তেনা খিম্না, লৈনুং ভিসাবা থেংচাকোয়না; তোংচে' উমু লাইফাবা মৈনাইদববু তাইরেল মরোঙমানা, তোংচেং কুহিংলাংলবগা ...া চেং কুমায় চল্লে হায়ুম্বরা। কোনথাঙ চারন লেংনা খাম্বী মেথক থোংলবদা। লৈকাই পাফনথৌ অরেম্বনা, লীক্লাই থোমগা-হান সিন্নাই মাইকা শকপনা সিন্নৌ মেনগা য়াই-থু; কোরী ভনখা লোন, পীথ্রাই নুংদা-চন. কোরৌ (৪) নোংলুপান অডৌবন, পন্দা য়োম, মালেম (৫) লৈসনা অঙাঙবা চোইনৌ সনা মায়থোং ওই; চেংলৌ শকপানথোং পুনুং লেম্পানথোংবু সাসেম্নবগা। নোংদা জাইরেল পাখঙবা মরৈথঙবু; ককচাক থেমথাই-য়েং, (৬) মৈমু তোমসোন-চিন পজেঙ শময়া

(৩) পজেঙ সময়া থোম=রাগীসমজেংন সম চাংতুনা (৪) নোংলুপান= লূপা (৫) লৈসনা=সনা (৬) মৈমু তোমসোন চিন=কোকয়েংকী মমৈ থকলোমদ খিনগংতুনা।

খোম্না, মনা লাংচৈ অনি-শু চেংলৌ শকথোং হেন। পোনবী (৭) শেক্ রেক্না শীংগেল লৈথোঙ-সোম। নোংনিং লৈরীক-চিন কাকবনা য়ায়দা লাংনা ; লৈরেল লুধক চিল্লবদা। থৌরায় মিরাংপানা (৮) লৈরাং অতিংঙাবু, কুমচিং লোনখোঙহল্লা লোনথাঙ মঙান-নাহ, মনা কূপতুম কূপ। কৌবা চৌংলৈসং লৈসং তোল্লোংবনা, কুমচিং লোন্নীং-হুক ; কোনসনা কোনতোন চিনহেন্না কাইরেল-সা পানম কাইশঙ লৈনা সা, চবৈ ফিরাংচান লানপোৎ শঙতিং মঙান-নাইবা পুম্নমাবু ; চরৈ ফিয়ান শীকয়াল্লে।

থাবম চিথেক মরিমদা, হুয়েন লালবু লাল্লাইফম, মিংথা-নাই (৯) থাঙলেল ময়াই লাংনা, হুয়েন লালকা লেংদি মাংদা থানা। থাম্বী মৈরাঙ হো লাইফম উরী চিংনা, পুরোয় লৈকোয়য়ে, মথৌ য়াংগেলএ। তানথোঙ মিমিয়া লৈথিনবীবু রাকয়ৈ মাংদা-চিং, মোম্নু নুজা (১০) অমন মীশু চিংবীনা, চরৈ খোইঙান ফিবু শমু -মদা-হুন, খোয়নৌ লাংমৈথেৎ শমু তুংদা চৎনা, অমন য়ারা সিথিল-লে। হাওরৈমা ঈয়োংথাং লম্বান ফৌরকতাম, হেপী ম্নাকৈলৈমানা ; (১১) খাপুঙ লাইপুঙ কোয়না মথৌ য়াংগেল্লে ম্নাংলৌ তানথোংলে, কাসা পাওহম্না রাংলেল পুঙগোয়ে। তরেৎ মনিল নাইনা থুম্নুং পাওতাকএ। শীংকোয় লুরাংএ, হাওসি মংথিন্না অমন সিখোমএ। খোয়চি নুংচাল্লে, থাঙম্নি লৈতকএ, য়ামচেং লৈকূপ শীয়ে। মংলেল মংথোঙ থিংএ।

(৭) শেক্ রেক্ন =উরীকশক মতুন। (৮) লৈরাং অতিংঙাবু=হকচাংদগী মপান থোকপ্রব। অরেম্বা ওইরব। থোরায়বু (৯) থাঙলেল ময়াইলাংনা থাঙ ময়া মাঙদা উংতুনা (১০) অমন মীশু চিংবীনা=অসিবগী লমজিংবীনা (১১) থাপুঙ লাইপুঙ=খা রাং।

ঙসি নোংগা শোয়রবদা, মথং কোরৌ মুমিংথা। শিন্নাই নাইনিংলোঙনা, নাখঙ শিনতৈ থোইবনা; তাওতন মনাচীংগী নাও- য়োকপা, চাকথা মানথাচা লালচুম মীনামুং মাখোয়থাঙকা। লাই- রেল চেংলৌ শকপানথোং পুম্নুং কেপ্পানথোংবু মাসেম্নবগা। চরৈ ফিরোয় মশীং-স্থ, লীক্লাং মঙান নাইনা, মোম্নু মুজা-মানা খোইরু মিতম পায়; মংলেল খূৎসাবদা, অমন সিথিনখিয়ে হায়দবরা।

কোরৌ নোংবুম-স্থ মথৌ য়াংগেল থৌবু থৌখম্নবদা। (১২) অসি কৌবা নোংগা-শোয়, হয়েংকৌবা নোংগা তানফংলবদা। তাওরোয় পুঙলেলরাক্কা, অশৈ ফম্নেলকানা; মচেঙ কাইরৈ খূৎতা- পায়। লাংলেল কোংয়াঙ তংথায় লৌবু তম্না থিলএ। তীলচা লাইচা হোই তীলমু লাইমু তান; খাবী থিয়াখৌ অমাই মনাও- য়োক্কা। তাইরেল মরোঙমানা লাইজ থীকফেন চাইনা তীলকোক লাইকে ক্রুরবগা। খম্নুং ফুনীং চাম্নীং সেং, মনথোঙ হুইমায়াংগা, ঙাইরোং সিংপাক চানা, মরান মোংবা য়ুমচঙলবদা। শাগৈ মচেঙ পাচা শালাই পুরী য়েকহৌকিবু থৌকাঙদনা। পু শাগৈ তিম্না, তরা খূৎপুন পীনা, থাঙজি ঙারেল য়াতোন তংমন্নন। য়োইচাম্নয়ে হায়দবরা।

পুনসি চেঙজেল লোম্নবগী কোরৌ নোংগা থৌবু, পুনোং-ও তৌনা কৌয়ে। থৌরায় মাইবীরেল মাহাক্কি পঙনা মাঙকদবনে। শাগৈ ঙাইরী খিনা তাইবঙ (১৩) অরোম্নেনা মপোকএ হায়দবরা। তাইবঙ অরোম্নবদা; খম্নুং অরোম্নেনা মপোকএ হায়নাতেংথানবনে।

(১২) অসি=ঙসি (১৩) অরোম্নেনা=মপোক ওনখিবা।

# কুমওন য়াংগেলবা (ফিরোয়)

লোইদাম খাবুম তরানিথোই স্নরবগা, (১) লাংহৈ কুমওল্লবদা। তরা মথেল লূকোয় হৌ, শংলৌ য়েল্লাঙ চনম-ফৎ। কৈরোয় খুম্রোয় ফম, শাগৈ য়েক্রুপ-তিন, অমাই লেংনা ফম। মমাইবা কোনজে নাকথংমাইন ; পারী পুরৌ-খি, পুরোন পেনলোন-কৌ, শালাই য়েক্রুপ তাক, তরা মথেল লূকোয় কংনা (২) তোক্কা লৈগা মেন্না; খম্নুং মংথোঙ থিংএ, কাসা নোংথৌ তাইয়ে।

খম্নুং মংথোঙ-থিং, কাসা নোংথৌ তাইরবদা। অসি থৌরম মঙম লোইরে হায়বগীবু; য়াংলেল পুঙফুবা, অশৈ পনমাবা, অমাই লেংনা তিনবা সিংবু; ফিরোয় ফিঙাম থাইয়ে। অদুনোংগীবু মথৌ য়াংগেল (৩) থৈবা কুমওনবু, "ফিরোয়-ও" তৌনা কৌয়ে হায়দবরা। মথৌ য়াংগেল ঈরাং থেল্লাং লোইরবদা। শাগৈ ভাইরোয় পুন্নমা; তরা মথেন লূকমায় লেম্না য়োইচান্নবে। মওং মতৌ অস্নুম্না; খম্নুং সরা তান অমন শীংকুমখিরবগী, কৌরৌ নোংগা থৌদি, পোইরৈ হৌনা মরমচংতি, অস্নুম্না থৌথম্নয়ে হায়দবরা।

# কুম-কাংবগী মথৌ

পোইরৈ হৌনা মরমচং অমদি—লোইদাম মন্নুং-ওই, কুমজা মতম থোক্লবদা। কুম্মী (১) য়াইচেংনীক, কোরৌ হনকাংননা লাইজ ঈরৗখিরবদা। তৌগদবা মথৌদি—

(১) লাংহৈ=চহী (২) তোক্কা লৈগা মেন্না=থকা থাগা তাইনা (৩) থৈব লোইবা
(১) য়াইচেংনীক=মম্নাইচন্নবদা

থাবা লৈরেলগী খুরাইনুংচেংবা মরান য়ুমখুয়াইগী খুরাই নুং-চেংববু। উরী খুরাঙদা য়েৎনা, নুংচেং ঈদা তুম। লুরাং লংমাইবা অয়াংচাম্বা লৈথাম ফাবা। তাংখুল ব্রায়চৈ খুলঙম-শঙ. হুম্বেন লংমত্তিংমা ফানশঙগী মানবী ভাইখোম্বা শঙতিং লোনঙৌ-চিন, চরৈ ফিঙৌশেৎ; অরাং কোরৌ (২) নোংলমপুনা। শেল্লোয় (৩) মুঙখোংবী লংমাই মুঙলাওবীগী থোঙ্গ মুঙবু লৌনা; লাইরা পামি লৌ, পোনচেম লাইচমুংদা হাপ্পা; তুরেল লাইজ ঈদা-তুম, থোঙ্গ অরোন মুঙবু য়ৈ চীংখোঙ পুয়োক্লোয় (৪) লংমাই মনিল নাইবা শঙলেন অহুম্মানা। হৈশোয় য়ুপান-হৌ, থম্বা য়াংতৈ লাংলবগা। কুমথৗ কুমকাংলুববু; খোইয়ুম লাইয়িংথৌ লাইজ ঈমাবা, ঈমু খল-ওনবা, লাইজ ঈঙৌথিংবনা নোংলেল মরাঙ হৌনা লাইজ ঈথাবী-রকএ হায়দবরা।

## নুংশিৎ কনবগী মথৌ

কুম্বী মগ্নাই কাররুবদা। অয়াঙ লৈমা হুমচাওবী, কৌবাচীং মালং অয়াঙবনা। থমগোল মরাঙ-হৌ, মালং অহুম-চন, নোংথৌ মথি নাইনা শীংলক্লবদা। কোরৌ লংমাইবা অমাই লাইরমপুনা। অয়াঙ লৈমা হুম্লেলবী, নোংশিৎ লৈমা কোংয়াংবীবু। কোরৌ ললসাৱা রাংবন পাওফাৱবগা। মমোম মাংবী লৈমাকাংনৌ তরা

(২) নোংলমপুনা=নোংথৌ লাই ভাইনবা মাইবা (৩) নুংখোংবী= নুঙখোং নুঙলাওবী (৪) লংমাই মনিল নাইবা =মাইবা লোয়শঙ অহুম।

ময়াওই, লোকশুপ ছমমোইবী মালং ছয়েল লৈমা মরেল-উন; মপন সথোও মোরিবনা * উনিঙ তাংমা-কক, লাইরা চীনমোম্বী পীশিন খোনছক লৈনা মালং মায়ওক য়াবনদা। মালং মারাও হৌববু, থমগোল মথি নাইনবু চৈরংখিয়ে হায়দবরা।

* উনিঙ তা'মা-কক...... = নাকন অমা মতাং থাঙব' লাইর উনোং অমদা। ছম্লিবা নু'শিং অহ চঙংল্লগা, লাইবোনগী মতু' ইম্না ফাজীন্দুনা, উতোং মচীন মেনশিন্দুনা থম্বা।

# মৈ কনবগী মথৌ

থাম্বী মবাঙ-হৌ চকমোম মথি-নাই; থাঙজা লৈকাই পানশঙ কেম্না, থাম্বী মৈপোক থোক্লবদা। তৌগদবা মথৌদি—

থাবা লৈবেলখৈ মৈনম অতোনবনা; হৈরোম মরান লোনখোঙ য়মগা। খোইমোম লাইরেম্মা লৈমবেল সিদবী, মালেম তমপাক লৈরেলহনবীবু। খোইমোম ঈরাংনা চীংউ পুকম্লবগা; থাম্বী মরাঙ-হৌ, চকমোম মথিনাইববু তেম্লখিয়ে হায়দবরা।

# লিন কনবগী মথৌ

তাংজ মথি-নাই লিলহা মরাঙ হৌনা, নমু মীচীক তোয়রবদা; তৌগদবা মথৌদি—

মমাইবা (১) অমাই লাইরমপুনা; তাংজ লিলহা লৈমা তাংলৈবীবু

(১) অমাই লাইরমপুনা—লাই তাইনবা মাইবনা

ঈরাংলবগা। তাংজ মরাঙ-হৌ, লিলহা মথি-নাইনা: নমু মীচীক তোয়বম্বু (২) হনতেখিয়ে হায়দবরা।

(২) হনতেখিয়ে = ভোকখিয়ে। হনখিয়ে।

## কৈ ঙাওবগী মথৌ

পানবা কৈজেংলাং কৈবেল উম্বীশা, পানবা কৈজেংলাংনা। নমু মীয়াম-চা, মানবী পুম্না-শায়, হুইয়েন শাচা-হক, পানবা কৈনা ঙাওরবদা; তৌগদবা মথৌদি—

(১) য়োইরেল কৈরাং লানকৌবানা, খোইযুম লাইয়িংথৌ চীংখোঙ পুথিবদা। য়াংলৌ তাওবা নহুই-চাবু থৌখাম্বীয়ো হায়না; য়োইরেল অমাই লাইরমপুনা। কৈরেল হিংথা হিংশোয় সুপান হৌনা; কোনথা য়াইথানা। চকফি লমখমলা, য়েক্লম লাইপীরবগা। খোইযুম মথৌজাললন; পানবা মথিনাই কৈরেল মবাঙ হৌববু, হনরায়খিয়ে হায়দবরা।

(১) য়োইরেল কৈরাং লালকৌবনা = শামিং ল নমিং খঙবনা

## মতীল মকাঙ কনবগী মথৌ

পুকশ্রীলৈমা রানতংনু, তুবী লুনাই তীলবী লুনাই তারবা; লাংবন কৌজেঙ চোংবীচানা; থাওয়ি ফৌয়োনচীক, লোইমোম ফৌরাই তারবা। ককচেং খোইয়া মতীল মকাং কনবনা; মনা মশীং মহৈ মরোং মরাই তারবদা, তৌগদবা মথৌদি—

মমাইবা কোনডে নাকথংমাইনা। হৈরাঙ পুঙমা-সেম, লৈরাং লৈহুন-তম, কবোক খূবাম চাইনা; পূকশ্রী লৈমা রান-তান্নু, কৌজেঙ লৈমা লাইরেম্মাবু; ঈরাং থেল্লাংলবগা। লোইমোম ফৌমি চরোং-শাম, মহৈ মরোং মরাই তাববু চৈরংথিয়ে চায়দবরা।

# লৈপাক ঈরাঙ হৌবগী মথৌ

মালেম লৈখোঙ-নোম, লৈপাক মরাঙ-হৌ, নিংথৌ লৈনা, অঙম অথৌ, লৈপাক-পূম্নবু। পূকচেল খোয়জেল পাংশোয়নববা; লৈপাক মরা চেংতরবদা ; তৌগদবা মথৌদি—

(১) খাবী থিয়াথৌ অথৌবা, য়োইরেল মাইবাহনবা, লংবা য়াথমলোয়না। কাওরেণ উরীং মানবগা. (২) তেকপী ওকপূম্মাগা, কাইরৈ য়েনমোম্মাগা: ফিরোয় ফমফি. (৩) লৈয়েন নোংয়েন য়াওনা; লৈয়োং নোংয়োং তাওগা, হৈশোয় য়ুপান য়াওনা; (৪) কুবাও শায়ুং য়ুং (৫) মানবী (৬) শাখৌ থং (৭) শা-ঈ লৈতানা, চকমোম খাম্বী মৈগা মূংনা। য়োইরেল খাম্বী মৈরিংবনা মৈগা য়াইগাচন; লীহিং থৌরী-তা, উতং কাপত্ লৈতং লেংনা। লীহিং লাকলেল ফিতাই-তম, খোইমোম লাইমিং সোম্না ; ঙাংঙোই থিংকাই মরাঙ হৌনা খুয়োন লৈতাই-শৈ, খেনচোং ঔগ্রি শক্লা মালেম লৈত্তাইরবদা।

---

(১) খাবী থিয়াথৌ ..... লংবা য়াথঙলোয়না=পুম্নমক তুপ্না খঙলব, নিংথৌগী লোয়শঙ পুবা মাইবা পুরেলনা (২) তেকপী=ওক (৩) লৈয়েন নোংয়েন= লৈপাক নোংথৌ তাইনবা য়েন (৪) কুরাও শয়ুং=শা পুন্নবা উম্বুং (৫) মানবী=

মালেম লৈখোঙ নে য়ম্ব, লৈপাক মরাঙ হৌরম্ববু। লৈপাক মরা চেৎনা, খুলপান লৈপাল্লে হায়দবরা।

সন্দং (৬) শাখৌ থং=শা মগুক লেননা (৭) শা-ঈ লৈতানা=শাগী ঈ লৈপাক্কা তাহন্না

# মীসি মীনা লাইচৎকী মথৌ

তাইবঙ নমু পোং-শুইবসিংনা; হৈকোয় (১) নোংথম-চন, পল্লেম পনথৌ পীসোন পাসোন হক্লবা; অমন শীংকূম তোয়রবদা, তৌগদবা মথৌদি—

(২) অমাই মনাওয়োক (৩) য়োইরেল অমাই ৪) লাইরমপুনা। থোঙডাক অসিথেল মকোই মুংওন চীংবু তান্না খনবী লাইরেম্বীগা। খোইয়ুম হৈনৌপোকপা লাইয়িংথোগা। চীংউ খোইমোম অনিমাবু। থোতু মুঙথোঙ থিংনা, ঈরাৎ থেল্লাৎলবগা। মীসি মীনা তোয়, নমু মরাই তারম্ববু; চৈরংখিয়ে হায়দবরা।

(১) নোংথম-চন=লাইহৌ তৌরবা (২) অমাই মনাওয়োক=লাইয়েংবা মাইবা (৩) য়োইরেল=মীকোকথোংবা য়াইফবসিং (৪) লাইরমপুনা=লাই তাইনবা অমাইবনা

পোইরৈ হৌনা মরমচৎ রাঙম মৈতৈ পুরারীবু; খিজিক্কা তেং-থাজবনে। ঈসু খোইমোম লাইরমপু অশৈ পনমাবা, খোইয়ুম শাগোম্নবা; "থোঙডাক কুরুঙ্গী লাইরীক্লে'। নাওরা পূকথোংবা, পায়মা শিলহৈলোম্বা; অমাকচাম্বা জুগিন্দ্র ঐনা ফংজবদগী।

লাইরেল মৈদিংঙু, পোইরৈ লৈপাক পুঙমাবা গমভীর সিংহ লাই-নিংথৌগী মাহাকথক্তা (১) অনৌবা অমুরক ইজবনে।

লোইদাম থাজ অথুম্বা তাইবঙ লীক্লা য়াইওইবা ; সনা হকচাং (২) তূরৌ-লিং, তাইবঙ লীতিন স্নুংতিন য়াই মরু, (৩) থবী য়াই-রংচাল য়াইরেল সিদবা। পনথৌ পল্লেম অনিমাবু ; হকচাং সনা য়ুম্লেলম্নুংদা চম্না। লীক্লা য়াইরংচাল (৪) ঈহুল্লিবা ; কোরৌ ঈনোং-থৌ রাংবন ঈকাসা, থৌরায় য়াইবীরেল সিদবা মঙামাগী লীক্লাং পুকোক, চীংউ শারারেল (৫) নামুংববু, তাঙজ লুদা থোংনা; খুম্না থম্বাল লৈঙাঙশ্বা অনিমাদগী। শীংলেল থম্বাল লৈহী চেনথ-রকপা লীক্লা থুমথোইববু য়ানা থকচরি হায়দবরা।

হয়ি হয়াহে, হে লীক্লাই-ও ! ঈপুঙথৌ নোংথৌরেল পুমাব-ও ! মানবী খুৎতপ্পনা, খুৎফাং চাংজৌ তরামানা, চেপ্পা লোন্না পূরুম-জবনে। হয়াহে হে লীক্লাই-ও ! থৌজাল ললকুবীয়ো ; হয়ি হয়াহে হয়ুম হয়ুম হয়ুম।

(১) অনৌবা অমুরক ইজবনে=নৌনা সিন্দোকপনে (২) তুরৌ-লিং= চাদা নাওদা চারা লিংবা (৩) থবী=চুমিৎ (৪) ঈহুল্লিবা=নোং চুহল্লিহা (৫) নামুংববু=অপোক অসি নাইদববু।




থৈরে।

## অইবগী ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং

১। ইমোইন্থু অহোঙবীগী তুঙনকম
( মঙাম্বা খুৎনম ফাওবা )

২। থালোয়-নোংথাম্লোন।

## ফোংলগদবা লাইরিকশিং

১। লীকশংনু শাকবী।

২। পাখঙবা লাইছুই।

৩। সনামহী লাইছুই।

৪। খুদম চাংদমলোন।

৫। থাম্নগী শৈরোন।

## লাইরিক ফংফম

১। অইবগী য়ুম পিশুম নিঙোম্বম লৈকাই ইম্ফাল।

২। অকোঙবগী য়ুম, ঈনাং কনবা অমসুং শেমগৎ সাগংপা লুপ
C/O ইরেংবম লুখোই। নম্বুল মপান ছইজ্রোম
লৈকাই ইম্ফাল।

৩। লাইঞ্জম তোম্বা ( মৈতৈ লাইরিক য়োনবা )
কৈসামপাৎ সেগা লম্বী, লৈমজম লৈকাই।